শ্রীবীরেনগী অতৈ লাইরিকশিং

লৈচিললক্কী থাজ ( ৱারীমচা ১৯৬৭ )

তোল্লবা শাদুগী ৱাখল ( শৈরেং ১৯৭০ )

১৯৭৩ ইংগী আগষ্ট থাগী অহানবা চয়োলদা
অহানবা খুৎনমদা ইহান হাম্না রাজ ষ্টোর,
পাওনা বাজার, ইম্ফালনা কোঙবা ।




লীলা ওইনা শান্নবগীদমক অয়া-চে শ্রীশ্যাম শর্ম্মা
নত্রগা শ্রীলোকেন্দ্র সিংহ নত্রগা শ্রীবীরেন্দগী লৌগদবনি ।



---

শর্ম্মা ইউনিয়ন প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফালদা নম্নগা মণিপুরদা
পুথোকপা ।

## বাহৈ খরা

'খোঙচৎ' হায়বা লীলা অসি ঐনা অহানবা ইজবা মওংগদি মান্নদনা শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মনা এরিয়ান থিয়েটর, ইম্ফালদা শান্নখি। লীলাগী মথন্নায় ওইরিবা মনুংগী মচাকশিংদি থাঙ্গৈশেংনা ঐগীনি। ঐগী অশেংবা ইপোৎ অদুদগী করিস্ম হাপচিন্দে, করিস্ম লৌথোক্কে, করিস্ম হোংদোক হোংজিন তৌদে। অদুবু লীলাসিগী মপালগী মশক ওইরিবা লীলাগী হকচাং হায়বদি যোর্ম অসিদি শ্রীশ্যাম শর্ম্মা অমসুং শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ অনীগীনি। ঐনা অহানবা ইজবদি অহানবা মুপানা অশাউবা মী, অমোৎপা অমসুং মুপী অহুম অসিগা উনবগী মওং অসি তোঙান তোঙানবা সিন্দা এপিসোট অমমম ওইনা উত্তুনা মপুংফাবা লীলা অমা ওইনা পুং অহুমমুক্কী লীলা ওইনা ইজবনি। অদুবু লীলাগী ডিরেক্তরগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অদুসু লীলাগী মরু ওইবা মশক অমনি খন্দুনা ঐগা লীলাগী কাংবুগা মরৈ কয়ামরুম য়েৎনন্নবা মতুংদা শেমদোক্লবা লীলা মচা ওইনা তাং ২৮।২।৭০ ইংদা ডি হিল অণ্ড প্লেন কলচরেল ইন্টিগ্রেশনগী কনফরেন্সকী থৌরমদা উৎখি। লীলাগীদি শান্নখিবদা মায়পাকখিবা মওং অদুনা লীলাগী মুপুং ওইবা মশক ওইফম থোকই খল্লদুনা শেমদোক্লবা শান্নদুনা ভাবোক্তা উৎপ্রবা লীলাগী মওং ওইনা নমদুনা পুথোকচরি।

শ্রীবীরেন্

ইহান হানবা ওইনা এরিয়ান থিয়েটর, ইম্ফালদা তাং ২৮।২।৭০ ইংদা শান্নখি। মথংদা কাংবু অসিমল্লা তাং ১৯।৪।৭০ ইংদা অমুক শান্নখি।

ডিরেক্তর—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা
১বা মুপা—শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ
অশাউবা মুপা—শ্রীহাউবম কামিনিকুমার সিংহ
অমোৎপা মুপা—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা
মুপী—শ্রীমতী কমলা দেবী।

লীলাদা চঙবা মী

১বা মুপা
অশাউবা মুপা
অমোৎপা মুপা
মুপী

ষ্টেজ মন্নুং অসি ইচিক্ চিক্পা শক্তমগীনি। লম্বীনা শাংনা চৎখ্রি। উ অমতং তুমিন্না য়ুংদুনা হৌরি; মনা অমতা পান্দে; লেঙ-ঙক্, লম্বী মশাং অদুদা কৈস্নু অমতা উবা ফংদে। ময়েক শেংনা উহন্দবা, মুশি-মুশিদমক উবা মঙালনি। যিঙং হাইদোক্পদা ওইরমগদবা অহানবা (১৭), মুপা ফমদুনা লৈরম্মী।

১বা মুপা: ( অমুক্তং স্বর শাংনা হোম্বরগা )

ঐনা তৌরিবসিবু করি তৌরিবনো? কদাইদনো ঐনা লেপ্লি-বসিনা? কৈনোনে তৌরিবসিবো—খোঙশা, খুৎশা, মিৎ, নাকোং, নাপী, উনা-মানা, নূং, শা-উচেক্ পুম্নমক মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা মাগী মাগী মমিং কৌ-কৌদুনা শান্নরিবসিবো! চুন্না শান্নবা নত্তে; মখোয় মখোয়গী মশা শোক্লবগা ওক্পনা খাই-খাইস্নু লাউরি। ( স্বর শাংনা হোম্বরগা ) উনা হায়বনা কৈনো; নূং হায়বনা কৈনো; কন্কন্ লাউবা অমা শৌশৌ লাউনা খুৎতা ফাওরকইবা কোইরপ্ কোম্নবা লৈপাক্ মচু মানবসিবুরা খাইনা নূং হায়নরিবসি। ( ঙৈহাক্ তুমিন্না লৈখি; মখুদাং থাঙ্গৎতুনা মশক উদবা ঘড়ি য়েংলগা ) পূং মরি মথায় তাবদা মঙায়রি; মুংখিল নত্রা হৌজিবপু ( খম্ববা ) মানি মুংখিলনি। কাক খোংলি; চোঙা খোংলি; মী পুম্নমক্স্নু মাগী মাগী মখৌ তৌনরি। অমা খঙদে, অমা খঙদে, হৌজিক্ মুংখিলনি; হৌজিক তারিবা পূং অসি মুংখিলগী পূং মরি মথায়নি।

[ চিংননা রাখল খষ্টে ; মা খল্লিবা রাখল অদু থাজ-রক্তবগী মমি মমায়দা তাই। মখুদাং থাজৎতুনা য়েংণ্ডি। অদুগা মাগী রাখল অদু চুম্মী হায়না য়াম্না থাজনা ]

অং! চুম্মী ঐগী ঘড়ি লান্দে মহৌশাগী ঐগী ঘড়ি মতম চপ চানা ণ্ডাক্পনি; শোয়নদবনি পুং মরি মথায় তারিবসি চুম্মী। সুংথিল পুং মরি মথায়। অদুগা সুংথিলগী পুং মরি মথায় তাবদা ণ্ডায়রিঙৈনা মল্লিবা অসি করিগীনো ? হৌজিক্পু অহিং ওইরিসি করম্বনো ? ইমম মমলিবা, পোৎ-অমতা মন্নেক্ শেংত্রি-বসি কৈগীনো ? ঐগী মিৎনা শোইরব্রনে ? [ মমিৎ নোইত্নুনা মমিৎপু থাজদবা উৎলি ]

ঐগী মিৎকী মীনম্বা কৈস্থ ওইরোই। মসি মিৎকী অরানবস্থ নত্তে। ঐগী মিৎকা ঐগা য়ানখিদবা রাকম অমগা লৈখ্রব্রনে ঐগীবু ? নত্তে ; ণ্ডয়াংলা ঐগী ইমিৎ অসি লৌখোকব্রে হায়দুনা তৌবত্নুবো ? অশিবা মুপা অমগী মমিৎ অমা রায়দুনা হাপখিবদো তাইবংদরা, মঙদরা ? [ য়াম্না মথব্রায় সুংণ্ডাইতনা ] ঐগী ইমিৎ অসি ফাওবা মীণ্ডোন্দগী রায়রবকো! [মঙক্ করা করা হাইদুনা] মসিবু করম্না ওইখোকলিবনো ? করম্না ওইখোকলিবনো ? ( চিংননা ) অদুগা ঐগী ইমিৎ অসি রায়রকইস্থ করম্না হায়বা ণ্ডমগনি ! মতম অমদি লৈরক্পস্থ ময়াই ! মতম অমদি ; মতম অমদদি ঐগী ইমিৎ অসি অরায়বা ঐগী নত্তবা তৌশিরবা মিৎনি হায়না লাউবা ণ্ডমলক্-পস্থ ময়াই। মরমদি ? মরমদি, ঐগী ইমিংনা ঐগী য়েংনাংবা ণ্ডাক্কবু য়েংবিদে ; ঐনা য়েংনীংদবা, কিরবা তুক্চরবা পোৎ, শক্তম্বস্থ য়েংলুই। ঐগা মাগা য়ানদবা ঐনা পায়দবা কম্না ঐগী মিৎনা তৌরি। অদুবু . . . ( স্বর চাউনা, মহৌশাণ্ডম

হোনবা ঙমদনা [ অদুবু হৌজিক্তি . . হৌজিক্তি ঐ, ঐ ঙমদ্রি ; ঐ হায়বা ঙমদ্রি। ঐ হায়বা ঙমদ্রি ঐগী ইমিৎ অসি ঐগী অশেংব্রা, মীগীদগী হায়রকপ্রা ? অশেংবা হায়বা ঙমদ্রি। [ অন্থুম অন্থুম স্বর কনখৎলক্কই ; ফমদুনা মশাদু ফাথনবা হোৎনৈ ]

ঐনা অস্থুক্ চমন্নরিবসিগী মরমদি মঙাল অসিননি। মঙাল অসি মহৌশাগা মান্নদে। মহৌশাদি সুংথিলগী পুং মরি মথায় তাবা ফাওবা সুমিৎকী মঙাল তশেং তশেংনা লৈবনি। মমদবনি ইঙাল ঙাল্লিবনি। ঙসিদি ইমম মক্রে। মক্কেক্ অমতা শেংদ্রে। ঘড়িনা লানবা ; ঐগী ইমিৎনা লানব্রা; খোংলিম্বা কাক্ চোঙা, থবক্ তৌরিবা মীশিং অসিগী মওং অসিনা লানব্রা ; মতম হায়বসিনা লানব্রা ; মসি অমতা নত্তে হায়রগা মঙাল অসিনা লানব্রা ; কৈনোমদি তৌরে। অশেংবসি খঙবা ঙমদ্রে।

[তুমন্না মরু লুকথদুনা ফম্মী। উন রাইমুক চিকই। সংসার অসি থরায় পানবা জীব অমতা লৈতবগী মওংনি। খুউ অমী কারক্তা মকোক লুকথদুনা ফম্মী। ]

চৎলক্লি ঐহাক অন্থমক
খোঙচৎ অসিদা লোইবা নাইদনা।
নাইতোম ফমদুনা চিকা
শাংলবা লন্মীঅসিদা
পাল্লবা পৃথিবীগী ময়ায়সিগী
মচী অমদা ঐ লৈরি।

[ তুমিন্না লৈ। খংনীং নীংশিংদুনা খোঙগ্রাউগী খাউ শাকন অনীমক্তা জেপকী ফুরিৎখাউ অনীদা কোয়মা মাই। ফংবগী হিংসাওা মশক্ উদবা মেপ পুথোক্তুনা কাক্তোকই ]

•

নাইতোম ফমতুনা চিক্লা
মচী অমদা
ফাক্তোকই ঐনা মেপ অসি
থিরি ঐনা....ঐনা থিরি।

[ তুমিন্না ঙৈহাক লৈ। ]

হিঃ হিঃ হিঃ হিঃ
থিরি ঐনা . . থিরি।
ফংগদ্রা ফংলোইদ্রস্নু খঙদে
অত্তুবু থিদবদি ঙমদে ঐ
থিরি, থিরি, থিরি, থিরি
ঐনা থি . . রি . . রি . . রি।

[ ঙৈহাক্ তুমিন্না লৈ; মুন্না খষ্টে। ]

জায়্যারুনা লৈনা লৈনা চৎপদা
ঐনা ফাকলক্লি ঐগী মেপ অসি....মেপ অসি।

ঐগী ইকম অমতং।
ইকম অমতং
ঐগী ঙমখৈ অমতং; ঐগী....।
ঐগী ঙমখৈ অমতং লেপচবা ঙম্মনবা
ঐনা মেপ অসি কোইফাক ফাক্লি। [থংম্মোয়·মরাং হৌরকপগী মওং উৎলকই; ফাথৈ মশাত্তুনা ]

[ ফাথবা ঙমদনা ]

ঐ পোথাফম খঙদে,
ঐ পোথাফম খঙদে
পোথাবা ঙমদে।
মরাঙ হৌই ঐগী থরায়
ঐগী থরায় মরাঙ হৌই।

[ তুমিন্না মশা কাপচুনা মুন্না অমুক খঙ্গৈ।
স্বন্ন শাংনা শাংনা হোন্নোক হোঙ্গিন তৌই। ]
ঐ অসিবু কনানো
কনানো ঐবু ?
লাণ্ডলবা মন্নক অসিদা
চিক্লা কমলিবা ঐ অসি কনা হায়বচুনো ?
ইখোঙ অনী পানশিনবিচুনা
ইখুৎ অনী পানশিনবিচুনা
ইমিৎ অনী পানশিনবিচুনা
ইনা অনী পানশিনবিচুনা
ঐনা মকম অসিদা কৈদৌনবা লৈন্নিবনো ?
ঐসিবু কনানো ?

[ মতোমতা খস্থরগা ]

[ ন্নান্না থুনা ]

কান্নদে, কান্নদে
অকক্লবা অমা, অচুম্বা অমা
অওইবা অমা
ওম্বা হৌনদে খওবা।
অমুকপু ওইরবস্থ
অহিংবু ওইরবস্থ
সুংথিলবু ওইরবস্থ
পুং মন্নি মথান্নবু তান্নবস্থ
তাবু তাত্রবস্থ ;
ঐগী ইমিৎ অসি অবান্নবু ওইন্নবস্থ
ঐগীবু ওইরবস্থ
ঐ অসি কনানো ?

ঐ অসিবু ঐ অতুময়া ?

নত্রগা

নত্রগা

অতোপ্পা থরায়না চঙলক্লত্রা

ঐগী হকচাং পোলাংসিদা

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু

লম্বী অসিদদি ঐ চৎলি

চৎপা তাই।

লম্বী অসিদা, লম্বী অসিদা

খোঙচৎ অসিদা— — —।

[য়াম্না বারদুনা তুনিন্না উ মখোঙদা চঙশিন্দুনা কমথখি, তপ্না তপ্না মৈ মমথখি]

( অহানবা মুপানা উখোঙদা কমখি। থাউমৈ মমথখি। নাকল অমদা অশাউবা মুপা অদু য়ু ঙাউদুনা তুদুনা লৈ, লোয়ত্রিবা কাউবা হিপ্তুনা লৈ। অমোৎপা মুপানা তেবল চৌকি পুখোক্লুনা চঙ্লকই। তেবল মথক্তা কৈসু য়াউদবা গিলাস অমগা প্লেট অমগা থম্মী। )

অশাউবা মুপা : ( ১বা মুপাদা ) হাইস—( লাউগে হোৎনবা ঙমদবা )

অমোৎপা : মেনেজর বাবু, মেনেজর বাবু।

অশাউবা মুপা : হাইস —।

অমোৎপা : মেনেজর বাবু, পেক অমতংগা পীরকপ্রো, অদুগা য়েন্দুসু প্লেট অমতংগা।

অশাউবা মুপা : ( লাউগে হোৎনৈ ) হাইস—। ইনীং তমঃ লাউবা কাওবা ঙমত্রবা। ঙমদ্রে ঙমদ্রে—ঙমদ্রে, লাউবা ঙমদ্রে, ইনীংতম্না লাউবা কাওবা ঙমদ্রে। য়োরেবা

হে মীওইবা! শোন্নেদা হে মীওইবা! মীওইবসি অসুম অসুম শোক্তিনলক্লবোই! হেঃ হেঃ হোৎনগনি, নঙনা সুপামচাম্বা, ঐদি সুপামচা মন্ত্রা? হেরা হোৎনগনি, ঐ সুপামচানি—নঙনদি ঙমদ্রগা ঐবু—হাইগ—( লাউগে হোৎনৈ, ঙমদ্রে )

অমোৎপা : থকখিনি, থকখিনি, পেন্না থকখিনি। পেন্নবা পেন্দনত্রা থঙদে, অমা ওইরে অমা ওইরে যুদি থকখিনি। অদুগা কনানসু ময়েক্ শেংনা উবা ফংদ্রিবসিনা কৈগীনো? ইশানা ইশাগী ইশককাওবা থঙবা ঙম্না উবা ফংদ্রে। ( মশক উদবা হোটেল বোইদা ) কৈনো নঙনা ঐঙোন্দা য়েংলিবদি? কৈদোরে? ( খুম্নকপগুম তৈথাক তারগা ) হিঃ হিঃ হিঃ ঐবো! হিঃ হিঃ হিঃ ঐখো শক্ থঙলুদ্রবা! হিঃ হিঃ হিঃ ( শিথনা লোকই )

অশাউবা মুপা : (অমোৎপনা নোকপা লোইদ্রিঙৈদা) ঙমদ্রে, ঙমদ্রে; ঐ লোইরে, ঐ লোইরে, ঐ লোইরেদনা—লাউবা ঙমদ্রে। খোন খোক্লে ঐ লোইরে, ঐ শোন্নে। ঐ শোন্নে। ইখোন খোক্লে, ঐ লাউবা ঙমদ্রে, ঐ ঙমদ্রে, ঙমদ্রে ঙমদ্রে, ঐ লোইরেদনা—হিঃ হিঃ হিঃ ( কপ্পী )

অমোৎপা : ঐবু ঐ নত্রব্রনে
ঐবু ঐ নত্রব্রনে
অদুদি
ঐদি ঐ ওইরিব্রা
ঐদি ঐ ওইরিব্রা
কম্নিদি লৈরি হৌজিক্

হৌজিক্তা চিংনদবদি কৈ লৈরি ? ( মশক উদবা প্লেটতগী মশক উদবা য়েন লোহুনা চাই। )

১বা মুপা : ( অশাউবদা ) কৈদোরবগে ? অহুক্ য়াম্না থরায় শোক্লা কপ্লিববু কৈদোরবগে ? সে কায়দে বা ঙাঙ-নসি, অমুক্তা ফম্বিয়ু—সে ফমগা য়ারী শাসি।

অশাউবা মুপা : ঐ হৌগৎপা ঙমদ্রে, ঐ য়াম্না শোল্লে, ঐগী শিংলি নাউরি পুম্বা পুংপঙ পঙথরে, লেঙ ওৎপা অমতা ঙমদ্রে, ঐবু কম্মু হায়রবদি ঐবু শৌগৎলু অদুগা ফমগে।

[১বা মুপানা য়ু ঙাউবগী মশা ইশোক্ শোক্‌না ভাবনা শৌগৎপি ; য়ু ঙাউবনা শৌগৎ-লিবদুগী মপা চানা থরা থরা হৌগৎলি, অদুগা য়াম্না য়ানা ফম্মী। ]

১বা মুপা : ঈশিং খজিক্তা থকচগে।

অমোৎপা : বোই বোই, ঈশিং গিলাশ অমতা পুরকউ। অদুগা চাননবা থরগা পুরকখো, হিদাক্তু পেক্ অমতগা পীরকখো,—ঐ বাবুসিগা য়ারী অমতা শাগে। (১বা মুপাদা ) ফমিন্নদুনা য়ারী ঙৈহাক্ শাবা য়াইদনা।

১বা মুপা : কৈ য়ারীনো ? কৈগী য়াদদগে। কৈ য়ারীনো শাসি, অদুবু য়াম্না চোকথনা উরে, কৈদোরে হকচাং ঙমদ্রবা ?

অমোৎপা : য়াম্না চোক্থনা উরে হায়বা! ঐদি কৈস্ত্র খঙদেনো, হক্চাংস্তু কৈস্ত্র তৌদে। ঙমদবা কৈস্ত্র তৌদে।

( য়েন চায় )

অশাউবা মুপা : ঐ মুপামচানি, ঐ মুপামচানি। ঐ কৈস্ত্র কিদে, ঐগী খোনা হল্লি। ঐ কপ্লরোই, ঐ কপ্লরোই। অদুদি হবাগাড়ি থিংবা তাই। হবাগাড়ি চৎপা য়ারোই,

ঐ মুপামাচানি, হৱা থিংগনি। চৎপা য়াদে। হৱা চৎপা য়াদে। হৱা চৎপা য়ারোই।

১বা মুপা : কৈদোনা থিংগদৌরিবনো ?

অশাউবা মুপা : চৎপা য়ারোই হায়রিবসিনি—ঐনা হায়রিবসিনি চৎপা সুকয়া য়ারোই। হৱা চৎপা য়ারোই হায়রিবসিগি। ঐ মুপামচানি, ঐনা থিংগনি। নঙ কিত্রা ঐদি কিদে, ঐ থিংগে—মীকিথি নঙ চৎথোকউ—ঐ থিংগে। (শিৎ শিৎতুনা চঙশিল্লি) ঐ শোগৎলুরাও, ঐ হৱা থিংগে, লাউ ঐবু শোগৎলুরাও। লাউনে, ঐবু শোগৎলুরাওনে। ঐ মুপামচানি হায়রেদনা, ঐ মৈতৈ মচানি, লোইগী মচা—বীর টিকেন্দ্রজিৎকী মচামশুনি ; বীর পাউনা, নরসিংহগী মচা মশুনি। বভ্রুবাহনগী থারনি, আর্জ্জুনগী ঈনি। মৈতৈগী লিংজেল—ঐমুপামচানি, হৱা থিংগনি। ঐবু হৱানা উশিৎতবা য়ারোই। হে—ঐবু শোগৎলুরাও। হৌবু হৌগৎলবদি মমাঙদা হেক্তা হিপচিনগে। হৌগৎপবু ঙম্লবদি শোয়দনা নিংবা থুঙগনি। কৈগীনো ঐবু উশিৎত্রিবা ; হৱা কৈস্থ লৈতবা মেছিন কাওবনা ঐবু উশিৎত্রেনে। ঙসিদি লম্বী অসি ঐগীনি, হৱা চৎপা শুকয়া য়ারোই। ঐবু উশিৎতবা সুকয়া য়ারোই। নঙস্থ উশিত্তবা সুকয়া য়ারোই ; উশিৎপরা উশিতত্রা শেংনা হায়রু—উশিৎত্রবদি নথরায় লোগনি।

অমোৎপা : সে হিদাক থকউ। সে থকউনে।

১বা মুপা : এঃ ঐদি থকচদে, অদোম অস্থম থকপিয়ু।

অমোৎপা : করি বানো! হোটেলসিদা চঙলক্লগা হিদাক থক্তে, চিকন চাদে হায়ববো, থকউনে থকউনে (থক্তে)।

হাঃ হাঃ হাঃ হিন্দাক্ থক্লবা! ঐখোয় মকমসিদা থুডিজারগী চঙলবা চাং নাইবা খুৎকা ওইরবা ঐখোয়গীতা ওইরবা। Yes, I am an habitual customer of this cheap Hotel. An habitual customer of this cheap Hotel, of this cheap Hotel নোংমতা চিথদনা চঙলিবনি। য়ু য়াউম অমতং ওইরবস্থ য়োৎহৌত্রবদি অহিং তুম্বা য়ানে। লৈকম খঙদে। নঙদি মকমসিদা নোংমা ফাউবা চঙলক্তে; নঙ চঙলমমোইনে—নত্রা?

১বা মুপা: ঐস্থ নখোয়গুম্বনি, নখোয়গুম্বা।

অমোংপা: No., no., হোটেলসিদি ঐখোয়গুম্বতগীনি। চাং নাইনা থক্লবা, চঙলক্লবা, হোটেলসিগী মনম, হোটেলসিগী মঙাল, হোটেলসিগী কপ প্লেট, গিলাস, টেবল পুম্নমক কৈনরবা মী ভাক্তনি। পুম্নমক অসিগা খঙনরবা ভাক্তনি। নোংমা কাদোক চঙলকপা মীগী মকম লৈতে। Manager, manager, লৈত্রনে? Is there any room for a casual customer? লৈত্রনে, হা লৈত্রনে?

অশাঙবা মুপা: হেরো, থাঙ য়াওরমদবগী তৌবনি। মুমিৎ অদো থাঙ য়াওদবগী তৌবনি। কৈস্থ লৈতবা মখোয়বু, হেরো—।

অমোংপা: নোংমা কাদোক চঙলকপা মীদা নঙনা সেবা তৌবা ওমত্রা? নোংমা কাদোক চঙলকপা মীগীদমক হোটেলসিদা মকম লৈতে—নত্রা? হোটেলসিগী চৎনবী নিয়ম লৈ। হোটেলসিদা য়ু থংকে, য়েন থোংবা চাগে থাক্লবদি চাংনাইনা চঙলকপা ওই; হোটেলসিদা লৈরিবা পোৎ বস্তামসিগা হৈনরবা

পণ্ডথরবা মী অমা ওইরগে হায়রনা পুক্ষিংদা চপ য়ুংনা লেপ্পা তাই ; অচেৎপা রাশক লৌবা ত্তাই।

অশাউবা মুপা : থাঙ য়াওদবগী তৌবনি। মখোয়-মরীল অদু খুৎ অসিনা মরৈ মরৈ তাশিন্নুনা চিংথোক্লগা ককুথৎকদবনি। মখোঙ মখুৎ অদু মচেৎ মচেৎ থদৎকদবনি।

অমোৎপা : নখোয়না নিংলিবু ঐ অসে য়ু ঙাওরেসিনিনে। য়ু ঙাওদুনা পঙঙাঙ ঙাঙজশারিনি সিনিনে। নত্রা ? হুমঃ হুমঃ হুমঃ লৈবাকসিদা য়ু ঙাওদবনা কনানো; য়ু ঙাওবনা কন্নানো। ঐ হৌজিক য়ু ঙাওদে। ঐখোয় অসি হোটেল অসিদা চাং নাইনা চঙদবা য়াদবদগী চাং নাইনা চঙখি, চাং নাইনা য়ু থকখি। হৈনখি মনম অসি, মঙাল অসি—নমখিবসু খঙলক্কে, মন্মী হায়বসু খঙলক্কে। হৈনরমদবা পুম্নমক হৈনরক্লে—হৌজিক্তি পুমপঙ পঙথরে।

অশাউবা মুপা : ( পীক্লা ) থাং য়াওদবগী তৌবনি।

অমোৎপা : পুমপঙ পঙথরে—মনম নম্নবগী ইন্দ্রি, অক কক্ত খঙনবগী ইন্দ্রি, শাউবা হৈনবগী ইন্দ্রি পুম্নমক পুম্নশি শিথদ্রে, পুঙপঙ পঙথদ্রে—হৌজিক ঐখোয় শিরে—ঐখোয় অশিবগা চপ্র মাম্নরে।

অশাউবা মুপা : থাঙ য়াওদবগী তৌবনি। (মখোয় অহুম্মক তুমিন্না লৈ) ঐ হৌজিক থাঙ য়াওদে। হাৎতোকচো নখোয়না ঙম্নগা,—ঐ থৌনা কনা শিদোকপিগে। ইখোঙ ইখুৎ অসি থদৎচৌনে ইবুক অসি হোগাইজো। শিদোকপিগে, শিঘিগে। ভশিৎ থওইদবা হায়ববু।

অমোৎপা : ঐখোয় অসি শিরে হায়বসি নঙ খঙদ্রি! নত্রা : হিঃ হিঃ হিঃ ঐখোয়সু মশি য়াম্না কুইনা খঙলমদে। হৌজিক কাওবদি ঐখোয়বু অহিংবা মী ওইনা

উরি—নত্রা ? নঙ য়াম্না পঙবা জীবনি। নঙ য়াম্না পঙবা জীবনি।

অশাওবা মুপা : শিখিগে, শিখিগে— হাৎতোকচৌ, হাৎতোকচৌ, শিখিগে।

অমোৎপা : মীনা ইথক্তা কারবস্থু, ইশাগী দাম্নিহ পুম্বা মীনা মুনপ্রবস্থু ঐখোয় কৈস্থু হায়রা ঙমদে। পুক্লিংদা ইপুম থিৎনা শাউবভা। ঐখোয়গী হায়ববু শাউজবতা। শাউজবতনি— থবক তৌনবগী পাঙ্গল লৈতে, লমন খুম্নবগী থৌনা লৈতে। পাঙ্গল লৈত্রে হায়বসি ঐখোয় ইশাস্থু খঙজরবনি। অশেংবনি শাউজবতনি। কৈস্থু হায়রুবা ঙমদে, কৈস্থু তৌরুবা ঙমদে। পুম্নমক খঙলে, পুম্নমক উরে—উদবগা চপমান্নৈ, খঙদবগা চপমান্নে।

নঙগী নখুৎ অদু পীরকউ।

১বা মুপা : ( ঙক্লা ) কৈদোগদোরিবনো ?

অমোৎপা : পীদা পীরকউনে। ( ১বা মুপানা মতোমতা মখুৎ তিংখোকই। )

অশাউবা মুপা : য়েংঙু, অমুক্তা য়েংঙু, নশামক্লা য়েংঙু অশেংবদু খঙঙু।

( মথবাক্ পায়দুনা ) খাঙবা ঙমদ্রে, খাঙবা ঙমদ্রে। হাৎলগে, ঐ হাৎকেনে—খাঙ য়াওরমদবগী তৌবা নত্রাও। মুমিৎ অদু খাঙ য়াওরমদবগী তৌবা নত্রা ? হাৎকে, ঐ হাৎকেনে, হাৎতোক্পিগে। মখোয় মরীল অদু কোয়দৎতুনা হন্দোকপিগেনে— হাঃ হাঃ হাঃ।

অমোৎপা : শিংলিশিং অদু লোইনা শিথরবনি। চেন্নিবা ঐ অদু কোঙ কোঙ শান্নবনি। কমজিন্নবনি।

ইংল্যবনি, অদুরনি, অদুননি—অরাবা পুন্নমক্, অঙৎপা পুন্নমক্ তুমিন্না খাঙবা ঙমলিবসে—ঙক্লা ?

অশাউবা মুপা : খাঙবা ঙমদ্রে—মাবু হাৎত্রবদি ঐ শুক্পেন পেল-লরোই।

১বা মুপা : ঐদি ঐগী ইকম অমতং থিবা লাক্পনি—ঐগী ইকম অমতং থিবনি, লৈবা য়াগত্রা হংজনীংবনি। লৈকম থিবা কোইচৎ চৎপদা ইশাসি চোক্থরে—ঐগী লৈকম মচেৎ অমা কাওবা লৈররোইত্রা ?

অশাউবা মুপা : মহাক্তা হাৎলবা কালদা ঐগী লৈকম খঙগনি। মাবু মকমসিদগী তাম্থোক্প্রবা কালতদা ঐহাক্ ইংগনি। That bloody swine! মহাক্তং হাৎলগা ঐ ইংগনি। ঐ নীংতমগনি। ঐহাক্ নীংতমগি।

অমোৎপা : অদুবু ঐহাক্ নীংতমজগে। ঐগী বারীসে লীথোক্লগা ঐ নীংতমগনি। I must live and I must fight for my message.

১বা মুপা : চুম্মী, পুন্সিগী থেংনখ্রিবা খারবা য়াক্লবা থুম্নবা থোদোক্ পুন্নমক্ লীথোক্লগা নথরায় অদু মকা কন্না শাৎ-কায়হল্লো। নীংতম্বা পুন্নমক্ মাঙখ্রবসু থরায়গী চৈনাসিদং কোঙদোক্লবগী নীংতম্বদুদি ঙাক্কম থোকই। নহাক্লা কোঙদোকনীংলিবা অদুদি চিংথদনা কোঙ-দোক্পা তাই। You must live and fight for the mission. You must give birth to a great idea. A message for all man, for all mankind. I must fight for my expression, for my freedom ?

অমোৎপা : ঐ ঙমদ্রে. ঐ ঙমদ্রে—হিঃ হিঃ হিঃ (রাম্বথি, কপ্পি)।

অশাউবা মুপা : চন্দ্রবাবু, চন্দ্রবাবু ঐবু চন্দ্রবাবুগী মনাক্তা পুব্রিয়ু। মাবু ঐ অমুক্তা কুজগে। ঐগী মিৎ অসি উত্রে, মাগী মমায় মপাহুদ অমুক্তা তাকপিয়ু—ঐগী কিনসি মাগী মমায় মপাহুদা অমুক্তা থব্বীয়ু—মমায় অহুদা ঐগী কিনসিনা অমুক্তা থিনজগে, মমাই পুগায়জগে। কিনথিন অমুক্তদা ঐ মাবু হাৎতোকে।

১বা মুপা : I must fight. I must fight for freedom: Freedom of Soul. Fight for it. Fight, Fight. Fight for it. Fight for expression. Fight for life. Fight for the message. ( রাবা, রাম্ববা )।

১বা মুপা : ওহ, পরিকোর অমনা খাজিন্দুনা লৈরে। সমাজগী চৎনবী, কজবা কজদবা, হায়দোক্পা য়াবা হায়দোক্পা য়াদবা পুম্নমক্ অসিনা ঐখোয়বু কাজিন্দুনা থমলে। থরায়গুম্না লুনা শেংনা লৈবদি ওমত্রে। থরায়দি তশেংনা মনীংতম্বনি। কনানা থরায় মনীংতমহন্দবা ওম্বগে।

অশাউবা মুপা : চন্দ্রবাবু, চন্দ্রবাবু। কনানো চন্দ্রবাবুবু খঙত্রিবা? চন্দ্রবাবুবু খঙদবা অঙকপনি হায়। রাম্দরকুল!

অমোৎপা : ঈশিং গিলাস অমতা পীয়ু—। (মশক উদবা বোইনা মশক উদবা ঈশিং পুথোক্লকই। মশক উদবা গিলাস থাজৎতুনা থকই।)

অশাউবা মুপা : Is there anybody who does not hear this name N. Chadra Babu ? Chandra Babu! The big boss of Manipur.

অমোৎপা : ( য়াম্না তপ্না ) চহী ২০ মুক্তী য়ম্নাওগী বান্নি— তুবেল ঈশায়দা ত্তৌরবা লুরবা, শেংলবা ঈশিংনা রা রা

লাউিদা ঙাওনা চেন্না। মখুল তুরেল, ইম্ফাল তুরেল।
মা মা লাউবা ঈচেলগী মখোন অদু ঙসি কাওবা
নাকোং অসিদা তাদ্রি।

অদুদগী অদুম কংথখি, তুরেলগী ঈচেল কংথক্রে।
নত্তে, ঈশিং লোইনা কংথিবা নত্তে। চেল্লিবা ঈচেল
অদু লেঙবা ঙমদনা কমজিনখিবনি।

হিঃ হিঃ হিঃ ঐশু সাহিত্যগী মীনি। সাহিত্য পুন্সিদগী
তোম্না নত্তে অমত্তনি। ঐগী অকোয়বদা শিংলিবা
ঈশিং মুংশিংকী উদবা মপাঙ্গন অসিনদি ঐগী থরায়বু
ঙাওহল্লি। নীংতম্না থরায়গী মায়ীসে লীথোকনিংবনা
ঐ ঙাওরি, হৌজিক্ ঐ ঙাওরে।

অশংবা মুপা : চন্দ্রবাবু! ডিরেক্তর সাহেব চন্দ্রবাবু। ক্লাস বান
ওফিসার চন্দ্রবাবু গেজেট্টেট ওফিসর চন্দ্রবাবু।

অমোংপা : ঐনা হৌজিক লৌবিবা মুপীসি,—হয়! লৌরিবা
হায়রবদি ঐ কয়া পামজ্রে, ঐগা লৈমিন্নরিবা হায়বনা
পকচবা থয়া হেনবা তাই।

অশাংবা মুপা : ইংলিস হৈবা চন্দ্রবাবু।

অমোংপা : ঐগা লৈমিন্নরিবা মুপীসিগা ঐগা পাখং লৈশাবী
ওইবগী লৌনসি, লৈনসি হায়না ঙাঙনা শক্করকপগা
জাৎ নত্তে। মা ঐখোয় লৈকায়মক্তি নত্তে; অদুবু
পংলাপত্তি লাপতে। মাবু ঐগী মুপী ওইরকনি
হায়বসি মঙ কাওবদা মঙলুদে। মাবু ঐনা লৌখিবসু
মৌ ওইনা লৌখিবনি।

অশাংবা মুপা : মুপীদা হেক্তো হেক্তো তৌবা চন্দ্রবাবু।

অমোংপা : মহাকী মমা মপা লৈত্রে; মাগী অপিকপা হিক্তোন
অমা লৈরে। নোংমা নমজাউদা তত্রা অমদগী
শেংনখি। অসিত্রবা পুক্তা মিংকুপ অমা লৈ—

করি লাইরাবু চেনবনো থঙদে, করম্বা সুংশিবা মনম পুমনো থঙদে—নহানরখে উনমম্মা নোংমতম্মু পুক্লিংদা কাওরক্তবা রাখল অম্মা কাওরকপা পুংজা মিৎকুপ অমা লৈ। মাগা ঐগী উনবদা নোংমতম্ম লক্লীংলুদে, অদুবু সুমিৎ অদুদি নংহৌররোই মতাংগম ঐনা মাবু লক্লথি। লক্রুবদগীদি মাগী মমুম্ম্রা অহিং অদু মাগা কমুং অমতদা তুমিন্নবা তাথি। অহিং অদু লেকমিন্নথি।

অশাউবা মুপা : চন্দ্রবাবুনা নমদুনা ঐগী ইথক থোঙথিবা, ঐনা মাগী মীনাই ওইগ্রবা!

অমোৎপা : মনেগা লৈমিন্নৈ—মতম অদু মহাক মাগী হায়গী মুপাগা থাইনরকপা নৌরি। অশোয়বা মিৎকুপ হায়গত্রা: মসিং থোনকম থঙত্রবা মিৎকুপ অদুনা ঐবু মাগী মপুরোইবা হায়বদু অহিং অদুমক্তদা ওইহনগ্রে।

অশাউবা মুপা : Too simple. Too simple. Too much simple. ঐবু নমদুনা চন্দ্রবাবুগী মথা পোনহনগ্রবা অদুদি ঐদি idiot. ঐ idiot ওইরবা! I am really an idiot.

অমোৎপা : লৌনা লৈনরিবনি হায়দুনা তৌরিবদু মাগী অপাম্বনা কৈনো, ঐগী অপাম্বনা কৈনো, থঙনবা ফাৎ নত্তে। তান চারম্দুনা লক্লরুবদগী অহিং অদুমক্তং লেক-মিন্নরুবদগী মাগা হিংগবিন্নকবদগী অদুম হেক্তা লৌনথিবনি।

অশাউবা মুপা : ইডিঅট! হৌজিক্ কাওবা রিজাইন তৌবা ওমত্রি। ওমত্রি। তশেংনমক্ ইডিঅট্ ওইরবা ইডিঅট!

অমোৎপা : মাসু ঐঙোন্দা লৈগেক্তা থম্নমগনি থাজদে। অদুবু লৈমিন্নরে। অঙাং অমা অদু মীরোনথি। অদুদগী মথং মথং অঙাং মুপা অহুম মুপী অনীগা পোকথি। ঐগী ইশাগী ওইজবা থিবদগী অসিগুম্বা তুংকোইবা মুক্তম

অসি শাগৎখিরসি। মাগী মনাক্তা লৈবনা ঐগী ইশাগী লৈকম লৈতবা ইংখোল লৈতবগী অরাবদু কোরে।

অশাঙবা মুপা : মারোই, মারোই! ঐ রিজাইন তৌগনি। তৌবিগে রিজাইন তৌখোকপিগে। (তুমিন্না লৈহাক লৈরুগা) I have lost my independence since I was with Chandra Babu.

অমোৎপা : মাগী মনাক্তা লৈরুবদা ঐগীনি হায়না পুখোকখিবা হায়বদু ইশাগী অসি, কী মচেৎ থম্নগা অসিতনি।

অশাঙবা মুপা : (মকি কোইমা মাই)।

অমোৎপা : মতমদুদদি মদুখক্তদুদা মানা ঐবু কয়াদা লুনা তরাম তরাম তৌগ্রবা। মতমদু ঐহাক্ বি, এ, পাশসু তৌগ্রি।

অশাঙবা মুপা : ঐসু এম, এ, মাসু এম, এ,—কম্রিদা মানা হেন্নহুনা ঐগী নীংতম্বা মাঙলবা। মানা ঐঙোন্দগী কৈরি হেন্নহুনা।

অমোৎপা : ঐগী হকচাংসিদি তশেংনমক মাগী মনাক্তা থম্লুই। ঐগী হক্‌চাং হায়বদি তামবা নাকোং, উনবা মিৎ, চৎনবা খোঙ, পাঙদবা পোকহনবা ঐগী বাখল—পুম্নমক ঐগী অসি মঙোন্দা ঐনা পীরখোকখি। অদুগা পুক্লিংনা লাল্লে খঙলবা য়ানীংবদুগা লানথেংনদুনা কুমহৎনবা খুৎ অমসুং থোন্না অসিদি ঐগী লৈরমদে।

অশাঙবা মুপা : (মখুৎনা কোইমা মাই)।

অমোৎপা : কোম্নীরৈগী মতেংদগী ঐহাক বি, এ, পাশ তৌরে। অদুবু মুংশিবা হায়বদি ঐ তশেংনা খঙবা ওয়ক্লে। থম্বা থৌইবীগী চহী লিশিং কয়াগী মসুংদা মী লিশিং কয়াগী মরক্তা অমতংগা খোমজিনা তাঙলবা মুংশিবা হায়বদু ঐদি লেংনরক্লে।

হৈনবদগী পণ্ডখবা, পণ্ডখবদগী মুংশিবা, কুইনা তিন্নব-দগী মুংশিবন্নি। তাবমেন ইতা তাদনা, ইঙাও ঙাওনা অহিং তুশ্মিন্নবখিবা মুপী অত্তু ঐগী পুন্সিদা চঙখি। মানা ঐগী পুন্সিদা চঙখিবা, অত্তুদা মাবু ঐনা মুংশি-খিত্রা হায়বত্তুদি ঐ খঙদে। কোন্বীরৈগী মরমদা ঐনা খল্লিবা রাখল অসিবু মুংশিবা হায়বা চাউরবা মুখিং অসি খোনবা য়াগত্রা য়ারোইত্রা হায়বত্তু ঐ খঙদে।

অশাউবা মুপা ঃ য়ারোই। ঐ চন্দ্রবাবু মুংশিবা শুকঙম ঙমলোই। মাগী মখা পোনবা য়ারোই। ঐ Homosexual tentency লৈতে। মুপী ওইবা ঐ পামদে। ঐ অশিবা, অইং আশা কাওনবা হকচাং কয়াৎ য়াওত্রবা মীত্তু নত্তে। ঐ শাউবা ঙম্বা মীনি। শাউগদবনি। Anger has some justification। হায়রিমখৈ তাবা, তৌরিমখৈ য়াবা, শাউগদ্দবা মীশিংদো ঐ পামদে। ঐ শাউগনি।

১বা মুপা ঃ কৈগী শাউগদৌরিবনো ?

অশাউবা মুপা ঃ কৈগী শাউরোদৌরিবনো ? শাউননবা মচাক অমুত্তু য়ায়া লৈরবসিদবু। মীওইবশিংসে শাউদবা তম্বদা অশাউবগী তরুবত্তু খাওবা লারুবদা মশাত্তু অমুম অমুত্তু তুমশিনলক্তুনা হৌজিক্তি অমাঙবা জাতি হায়বত্তু ওইরে। Calm, Balance কৈ হায়রিবনো ? Calm ওইনা রাখল খনবা তম্বদা মরিংজেন পুম্বা হাৎতোক্লি। মীনম্তু খঙলোইদবা, তাম্তু তারোইদবা ইপুক্লিংদা ইতোমতা রাখল খজবা কাওবদা ইনীংতম্বা ঙমদ্রে। মসিদবু কৈদৌনা শাউরোইদৌরিবনো শাউগদবনি। ঐ শাউগদবনি। ঐ শাউগনি।

১বা মুপা ঃ করিগী শাউগদৌরিবা।-করিগী মুংশিরোইদৌরিবনো।

করম্মা মুংশিবা, করমমু শাউরোইদবা, ঐ ভাব অমতা তাদ্রে।

অশাঙবা মুপা : কন্নি? মায়ু কয়াম চাউবা মচানো? মরাইবক কবদগী ডিরেক্তর কাজখিবনি। মরাইবক কবগী বা নত্তে। শেল পীজদুনা কাঞ্চিবনি। চিফ সেক্রেটরীদা মতু পীখোকতুনা সেবা তৌহনলুরগা কাবা। মবুংঙো ঐখোয়দি ইখাসী ইহৈ শিজিন্নদুনা কাবা। মাগুম্বা English sentence অমা ফাওবা চুম্না ইবা হৈতবা। হুরানবনি খঙদে, degree অমা পায়রগা হেক্তা য়াত্রা? মাগুম্বনমু ঐগী মাঙনবা শীনবা শান্নদুনা—মৈতৈ মুপী মাঙহনবা, Pimp. Procurer Blocdy swine. I will kill him.

অমোৎপা : ঐহাক চীংদা চৎখি। ঐগী মুপী. ইচাশিংদা বিদাই তৌদুনা, ইখুৎ অসিনা মকোক মকোক অহুদা শিৎশিৎ নাম্ববিরদুনা অহুম কায়নরে। কোম্বীরৈগী মমিত্তা পীগী ঊরা, ঐগী পুক্লিং ইনৌ নৌখি—অতোনবগী পুক্লিং মুংশিবা অড়ুগা ইচাশিংনা ভুক্ক ভুকাই চম্না ভুম্পক্ ভুম্পক্ অসুম্না—তোলোই খুন তান্না চৎখি—লুপা ১৫০ তগী।

অশাঙবা মুপা : অচুম্বা চৎপা, অরানবা অমতা তৌদবা ঐবু মাগুম্বা parasite, sickening vermin অমনা থবক লোখোক্লবা শীনবা শাই। Why don't I take revenge! Revenge—( কম্না লাউই )।

( অতুদগী কম্নী )

Do I dare! Do I dare?

মান্নি,

Indeed there will be a time

.... .... .... .... .... .... .... .... ....

And There will be time, there will be time

To prepare a face to meet the faces that you meet;
There will be time to murder and create,
And time for all the works and days of hands.
মাম্নি There will be time to murder and create.
And time for all the works and days of hands. ১

( খুকখুদক কুল্লগা চৎলি )

ঐ মাগা উনরুসিন্না ? উনরুসিন্না ? নত্তে, ঐবু মাগী মথৱায অহু ফককাইহুনা মচেৎ মচেৎ তানা হন্দোকপা ঙম্বা লীংজেন লৈরিব্রা ? থৌনা লৈরিব্রানে ? Do I dare, Do I dare.

অমোৎপা : চহী তরেৎ চীংদা লৈকরবা মতুংহুদা ইতু ইচাশিংনা লৈরমলিবা ফিবম অহু য়েংহৈবা নত্তে। ফি শেগাইবা শেৎ, চাদ থক্তবনা ময়াং অহু কংত্রিক্ কংনা কুচু তাইকেৎ তাইনা ( কপ্পী ) মপা ঐ লৈনা ইচাশিংনা কয়াদা ৱানা লেনগ্রবা। ঐনা মুংশিজগ্রবা ইচা ইতোন তোনবী অপিকপহুস্থ শিরমলে। চদৎননা শিখিবা। লৈহৌরিব। অঙাংশিং মহুনা মীগী মীনায় ওইনা হিংলম্নবা। অয়েম্বা লুখাক্ চাহুনা, মীগী মপোৎ হয়ান্দুনা ইচাশিংনা হিংলম্নবা। ইচানুপী লৈশাবী অহুনা ইকাই ইকি হন্দোকুনা চাক চথোম থরগী মমাম্নবী লৈশাবীনা চাবা লুখাক্ শেংবা, কোন কেংবা, মমাম্নবীনা শেৎপা ফনেক্ শুবা।

(১) T. S, Eliot's poems ( 1917-1935 ), Faber and Faber, London. 'Love Song of J. Alfred Prufock,' P. 12.

১বা মুপা : ভাইহেত্রে, থাওবা ঙমদে—অদুক শাথিরবা পুন্সি অদু অমুক্ কোনশিন্দুনা হিংখিগদ্রা ?

অশাউবা মুপা } —( কপমিন্নৈ )
অমোৎপা }

অমোৎপা : কোম্বীরৈ ! কোম্বীরৈ ।

কোম্বীরৈনা খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা হৈয়োনকম কমগে ললোনশেল পীয়ু হায়দুনা ঐনা কোইপু পুদুনা পীরগা হৈ য়োনখি। মদুম্না ঐগী ইভেং পাংলম্বদো মতম খরা ! অদুগা খরা লৈরগা কৈথেন থেঙনা থেঙনা কুম্নকখি। নোংমা ঐগা খৎনখি। ইচম চম্বা রাথোক্তগীনি। কৈথেন কাববু অদুক ঙম্না কাপ্রগা অদুক থেংনা কুম্নকলিবসি কত্তে, তৌমু—সিদনিসে ; মদুদা মানা ব্যাবহার রাওদনা য়ৌ য়ৌ খুম্নকই। ঐসু শাউদুনা মাবু ফুখি। অদুদগীদি, অদুদগীদি ইমাংসিদা তৌদুম তৌগে মতানি—ফি খুৎইন্, রাঙাঙ শাঙাঙ, খুৎচৎ মহৌশাগা মান্নদ্রে। খোইখা শেংৎথরগা কেনাৎ অমা তোংদুনা, ফি শেগা ওম্বদুনা থবাক থেক লোং-ৎৎতুনা চৎপদা ইল্লিবা ফিদু চিংদুনা চৎলী। নোংমা ফাদোক্ নহা ওইরিবা মুপা অমনসু সাইকল মনীংদা হাপতুনা চৎমিন্নৈ হায়নসু নাকোং য়োরকই।

১বা মুপা : ঙমশিল্লক্কে।

অমোৎপা : ঐসে মাগী মরানি, মানা ঐগী মুপীনি। অদুবু কৈথেন কুম্নকপদা ঐ লৈত্রা লৈতত্রা কৈসু খিরমদে, মচানা খোংবা চাক্কু চারগা অদুম তুমখি। নোংঙাল্লগসু মচানা খোংবা চাকঙনদ্রু চারগা ঙস্তানা কৈথেন্দা। মরা অমা লৈ হায়রবসি নীংশিংলমগদবা মান্দে। নোংমদি অহিং অমা, অহিং অমা মহাক্ রান্না থেঙলবা কাওবা কৈথেল কুম্নক্রমদে। ঐসু ক্লুক্লপ তাইখ থরগা

বিড়ি মপুন অমগা মাবু ঙাইরম্মী। অহুবু মাদি অহিং অহু অহুম য়ুমদা হনজিনলক্লে। নোংঙাল্লগা হললক্রম্মী।

অহুগা আঃ অহুগনে মচান্নুপী লৈশাবীহুস্থ। ঐগী ইচান্নুপী কোকহন লাইহন্দো— আঃ লৈশাবীদো। মা'স্থ মমাগী চপ চাবী মচামকনি। লৈশা লৈশানা মীরোললক্কুনা মমানা নোংমা ঐঙোন্দগা তাক্লমদনা মশক্ মশা থঙদবা ড্রাইভর অমদা পৈশা লৌরগা পীথোকখ্রে। ঐগী ইচান্নুপী অহন্দো— কোকহন লাইহন্দো।

অশাউবা নুপা : নোংমা শোয়দনা লাউরক্খিনি —
Hurry up please it's time
Hurry up please it's time.

১বা নুপা : কনানবু লাউবিরকদৌরিবনো ?

অশাউবা নুপা : By this weather, by this climate
By this weather, by this climate,
By this man, by this woman,
By this girl, by this child,
By these trees, by this sky.

অমোংপা : We are the hollow men
We are the stuffed men
Leaning together
Headpiece filled with straw. Alas ! [1]

অশাউবা নুপা : নোংমদি শোয়দনা লাউরখিনি—
ঐঙোন্দস্থ, মাঙোন্দস্থ নঙোন্দস্থ
পোকখাইরো, পোকখাইরো হায়না লাউরখিনি।
মতমহুদা কনানস্থ থাঙবা ঙমলোই।

---

(১) T. S. Eliot's Poems (1917-1930), Faber and Faber, London., 'The Hollow Men', 1925, p. 87.

অমোৎপা : ঐ শিবা তম্লিবনি
তমলিবনি শিবা।
ঐ শিবা তম্লিবনি।

১বা মুপা : ঐ খঙদ্রে, খঙদ্রে।

অমোৎপা : মেনেজর, মেনেজর! হিদাকতু খরগা পীরকখো।

[ মমুংদগী লুম্নবা খোঞেন্দা লাউরকই—"কম-লিবসি কুইমল্লে। থেংঙে ঙসিদি ; হল্লো, হল্লো।" ]

অমোৎপা : ঐগী চৎপগী মতম য়োরবা! অচুদি, ঐ চৎপা তারেদনা।

(অমম্বদা তেবল চৌক্রি পুথোক্লুনা অমোৎপা মুপা থোক্খি।)

১বা মুপা }
অশাউবা মুপা } ( চপ মান্নবা ) কৈগীনো ইমম মমশিনম্রিবসিবু। ঐ য়াম্না কিরে। ঐ য়াম্না কিরে। নঙ কদাইদা লৈবা? নঙ কদাইদা লৈ।

( য়ু ঙাওবচু অমম্বদা তুমিল্লা থোকখি। ১বা মুপানা তুমিল্লা উ মনাক্তা কমদুনা লৈহৌই। ফিজং হাইদোক্লকই।)

ইনাক্ হাইকেৎ খুনবা লাইরিক্ লাইশু হৈবা খ্বাইনা চাউখৎলি হায়না লৌনরিবা ইমুংনি। মিংশেন চনবা অম্বারী অমগী মমুংদা কনেক মচু খরা, চাদর খরা থুপতুনা য়াওরি। ফিয়ানখোক অমদা চাদর অমা হৌজিক্তা য়ানশিনলম্বগী শরা শন্না য়াল্লি। হোং-দোক্লম্বদা ঙাইরিবনা হুক্‌চাংগী ইনীল য়াওরি। লাই-রিক হাপ্পা উপু অমত্তু লৈ। কমুং অমা য়াম্না লুনা নাম্না থাই। লুখুমদা তেবল মচা অমদা রেডিও অমা থিল্লি। লাইরিক্ হাপলিবা উপুদুগী মথক্তা ভাইপুনবা, কোট অমুবা লিংৎপা অনোক্ উপ্পা, শম লিংথিনা

হাৎপা মুপা অমগী কোটোগা, মুপীগী শক্তমদা য়াম্না ষ্টাইল তৌনা নম্বা অমগা নাকন নাকন্দা ক্রেম চল্লগা কাজিল্লগা খিল্লি। ইমুংনি।

[ ফমুংদা মুপী অমা পত্রাক্ পত্রাক্ হিপ্লি। মহাক্ চহী ৩০ মুক্ শুরবীনি। চুং কিয়ান চাবী খিক্থা কবীনি। কুচু ঙৌই; মমাই অচু নোয় পেল্লি; থোৎলি; মমিৎ উইরুম উইরুম তৌই। মফি কোয়ে। মশম হিক্থরে। ফমুং মনাক্তা থাম্বা তেবল মচাদগী ঈশিং গিলাস অচু লোয়রগা য়াম্না রানা থর্কচিল্লি। ফমুংদা থরো থরো ওনবদা মশম অচুনা মমাইদা তক্লম্মী, খাংগী ফনেক্ ইনান নাম্থোক্লে; পেটি-কোট অচু উরে। য়াম্না সেম্লি ওইনা উৎকদবা মতাংনি। মমাই অচু ইমুন মুম্থরে; ইরং লংলম্মী; হুমাং মরিক্ মরিক্ কাই। হোন্দোরক্পা মবরচু কোং-কোং শাই; মনম মুংশি। ১বা মুপানা উখোঙদা কমদুনা লৈ।]

মুপী: [ইমুন মুম্থনা য়ারক্তা ঙংঙি] ইয়েয়েয়ে—। (ইমুং লোমদা) কনা লৈবগে? [কনাসু খুম্নক্তে] ঐখোয়গী মী অমতা লৈতরব্রা? ইনে, ইনে। ইনে লৈত্রো? [কনাসু খুম্নক্তে। মতোমতা থনবা] ঐখোয় ইনে কদাইদা চৎলে। কনামতা লৈতবা [মথুদাং থাক্ৎ-তুনা ঘড়ি রেংলগা] অহিংগী পুং অনী তারে। থেঙলবা অহিংদা চিল্লবা কাসিদা ইতোমতা—। ইতোমতা ঙায়রে। ইতোমতা ঙায়রবা। [মতোমতা] অহিংগী মঙুনবু কনাসু খঙব্রনে? অহিংগী থোইরোক্পা পাংথনীংঙাই ওইরবা মঙুন অমা লৈ হায়রবসি কনাসু খঙনব্রব্রনে? অহিংগী কিরবা শক্তম অমিদা মুংঙাই-

কুবা লেপ্পা মাগুম্বি হায়রক্লি কাউরোকখ্রব্বনে ? অহিংগী মপাক্কনবু কনানমহ্ন লৈশ্লানরক্রা ?

[ তুমিন্না থরো থরো ওন্দুনা খাংঙ্ক ; ইমুন মুইহ্ন। য়েরোয় য়ারকা ঙংক্কি। মোক্ন মখাদা কোয়মা য়াই ; কৈগুম্বা পোৎ মমা থি ; কংদে ]

য়াম্না চোকখরেদা কল্লাপ অদি চোক্লখবনা খোঙ-কাপ্প অমা ক্লাওবা খাংবা ঙম্মরোই। অদুগা, ঐগী লাইরিক মচাহুনু ঙসাইরু ঐ কদাইদা থনমলে। নেশ্লানা পীকৃথনরা লাইরিক মচাম্রো ; অপাম মুংশিগী পংথরবা বাহৈগী চবুন্দো কদাইদা থনমলে ? মহু পারগা হকচাংগী চোক্লখরিবসি কন্না য়েংগে তৌবনি।

[ অমুকন্ন মোল্ল মখাদা কোইমা মাই। মন্নাক্না লৈবা তেবল্ল মচাহুগী মথক্কা অম্বুক কোইথি থি। ]

লৈত্রে। অহুদি—কদাইদা থনম্নজে ! কদাইদা থম্‌খ্রে ! [লীংল্লিংরা ঙমত্রা য়েংঙ্কি] শ্লিংলিদা চেল্লিবা ঈ অস্নি য়োঙকোঙ খাক্নবগা য়োমল্লনা পংখ্নহনরা ঙস্না লাইরিক্কো। বাহে অময়মনা হকচাং কয়াৎ খুদিংদা মেৎ মেৎ পানরুন্নুনা য়ান মাঙ্খনবা ঙম্বদো। [মত্তোমত্তা] ঐদি চোঙংতুনা থিরম্নি ঙম্মরোই। ঐহাক্ য়াম্না চোকথরে। লাইরিক্কু খারগা চোকথরিবসি কাউত্রা য়েংনীংবনিদা। ওঙ্খোক্লপনিক্লা ! ওঙ্খোক্লা পানীংগ্রবা লাইরিক অহুবু কনানা লোয়োকখ্র রক্লোনে।

[তুমিন্না থরো থরো ওন্দুনা খাংঙ্কি। স্বর চাউনা কোল্লি। ঈ মখোঙদা মমুম্না ১বা মুপাহ্ন হৌগত্তুনা খোঙ মনাক্না মপান্নদা চংলকই। ]

১বা মুপা : মুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?

[ মুপী অদু অাহুবগী মখুংদা খোল্লা থাদে। ]

ৱা অমতা হংজগে য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?
[মতোমতা] কনামতা লৈতজাৎলনে ?

সুপী : [তম্না অমদি খোঁশাদনা] কন্নানো, কৈগীনো ?

১বা সুপা : খোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু—ৱা অমতা হায়জগে তৌবনি।

সুপী : অতুম হায়বিরক্পা য়াররোইদ্রা ?

১বা সুপা : খোঙদি হাংদোকপিররোই হায়বিরিদ্রা ?

সুপী : অং, খোঙ হাংদ্রবসু য়ায়বদি অতুম মহায়বিরকউ।

১বা সুপা : [চিংনরক্তুনা] ঐবু চিংনবিত্রা ?

সুপী : [ নোককেৎ তৌনা ] আঃ—অতুগী ৱা নচ্চদে। করিগী চিংনরুগদগে ?

সুপী : অকায়ববুদি কৈস্সু লৈতজাৎনি। অতুবু ঙসিদি ঐ .... ....

১বা সুপা : [ সুপীনা হায়রকপতু লোইহন্দনা য়াম্না থুনা ] ঙসিদি হাংলরোই—সিনিনে ? খোঙ হাংদোকপীবদা কৈমতা অকায়বা লৈরোইদা। লমচৎ মাঙগদবা কৈস্সু লৈতে।

সুপী : খনবীরিবতু লাল্লে। হায়বিরিবশিংতু অমতা নত্তে।

১বা সুপা : খঙজয়ে। খেংলবা অহিংনি, সুপী লৈবা ইমুংদা .... ....

সুপী : [ ১বা সুপানা ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈদা য়াম্না থুনা লৌশিল্ল-কই ] অতুম্না লৌবিরবদি ঐবু ইশক খঙবিদ্রে। মতুগী ৱা নচ্চদে। [মশাবু য়াম্না থাজনা] সুংনৎ নৎতে। অদোম্না ঐবু ইশক খঙবিদ্রে। লাম্না লৌবিরে। মতুদি লাল্লে, মতুদি লাল্লে।

১বা সুপা : অখেংবা অহিংদা সুপী লৈবা কাগী পৌরোন শৎলু, খোঙ হাংদোকউ হায়না অতোপ্পা শক্খঙদবা সুপা অমনা হায়র-রবদবু চিংনরোইদবা, কিরোইদবা সুপী য়াওব্রা ? ঐনা খল্লিবসিনা লানবা নত্তে ; ঐনা তৌরুরিবা খবক অসিনা লাল্লবনি।

সুপী : [য়ানীংদনা] নত্তে, নত্তে। মতু নত্তে। অমুপা হায়বিরিবতুনী

অর্থ ঐদি কৈস্থ খঙজদে। অহিং অথেংবদা খঙদে, অমদা খঙদে মুপাবু ঐনা কিগদবা মরম লৈতে। ঐস্থ মীনি, মুপাস্থ মীনি। কনাগুম্বনা মুপীশিংসি মী নত্তেগা হায়রকপা য়াওরক্লব্রা ?

১বা মুপা : হায়বিরিবত্থু ঐ খঙবা ঙমদ্রে। মুপীদি মীওইবরস্থ, মী মুপাবু অথেংবা অহিংদদি লমলানববুদি মহৌশানা কিনৈ। [খংনীং নীংশিংলত্থুনা] ঙাইখো পুম্নমক্সি লায়রি; ঐনা লানবা অমা লৈরে। [হম্থুরত্থুনা তপ্না] অদোমস্থ য়ুম পাল্লিবীরা ? [হায়জবগী তোম্বরবা খোজেন্দা] মসি খঙবুদনা পংঙাঙ ঙাঙলুবা ঐহাক য়ান্না লানথ্রে। ঐ লানথ্রে। ঐ লানপ্রে, ঐবু ঙাক্পিয়ু।

মুপী : ঐ য়ুম পাল্লিবীনি। হৌজিক্ হৌজিক্ ইপুরোয়বা লৈবীনি। অদুবু কৈস্থ চিংনবিগনু। অদুগা হৌজিকমক্ ইপুরোয়বস্থ লৈতে।

১বা মুপা : [ য়া লোইবা ঙাইঙমদনা থুনা ] অদু ওইরবস্থ ঐ লারে। ঐ চৎচরগে, খোঙগা অমতা হাংদোক্পিরমু।

মুপী : অত্থুম্নদি চৎপিখিমু। কৈগুম্বা ঐনা হায়জরিবসি তাবিদনা ঐবু থাজদত্থুনা চৎলবদি মুপীবু হাৎপা পাপ পুবিয়ু। [মতোমতা] ঐবু ইশক্ খঙদনা চৎখিবা তারে।

১বা মুপা : [খঙবা ঙমদনা] কৈগীনো অদুদি !

মুপী : ঐবু লান্না লোত্থুনা চৎখিবদি ঐ পামদে। ইপুরোইবা লৈরবস্থ ঐগী নীংতম্বগী য়াইট অসিবুদি মুনবা ঙমলোই। মসি থিংকমস্থ থোক্কে। ঐগা মাগা কৈস্থ খেন্নদে। মাস্থ মীনি, ঐস্থ মীনি। মানা মাগী ঙমখৈ মনুংদা মনীং তমজবা, ঐস্থ ঐগী ঙমখৈ মনুংদা ইনীং অমজবনি। মসি কৈদৌউৈদস্থ য়েৎশিরকম থোক্কে।

১বা মুপা : হায়বিরিবত্থুনা কনা চুম্নবস্থ ; খেংলবা অহিংদা মুপা লৈবী

নুপীগী মচানী খোঙজিন্না মপুরোনবা মৈত্রিংঙদা নুপীদুগা য়াম্না থাবা হায়বনি অমত্তবা নত্তে। মতোমদা ঐগা য়ারী য়ানরিবসি মীনা তাপ্রবা ঐমীদু করে; অদোমগীসু ফাত্ত।

নুপী : [উশিংৎতনা নোক্তুনা] অদোমদি অতুক্ ফিগনবা! পুক্চেন অতুক্ শীক্পা! ঐবু যুম পানবগী থৌমিনা কিশিন্দুনা থম্মীবগে হায়বিরিব্রনে? ঐদি নঙবু খক্ কিজদে। ঐখোয়দি খোইবী, সীতা, সাবিত্রীগুম্বী নুপীজাৎ অদু নত্তে। মখোয়না অত্তোপ্পা যুগকিনি। ঐখোয়না যুগ অমনি। মায়ত্রবনি।

শ্রীগোবিন্দগী ওযদা তাম্মোয়রিবী শ্রীমতী রাশেশ্বরী, শ্রীমতী রাধিকা মখোয়দগী ঐনা হেন্নবনি। শ্রীমতী রাধিকাগী মকোক্তা নেৎতুনা ঐনা ওসি হিংলিবনি।

১বা নুপা : কৈনো হায়বিরিবদুবো—তাব তাদ্রে।

নুপী : নঙদা নত্তে; ঐসু হায়কম খঙদ্রিবনি। ঐনা নীংলিবা পুন্নমক্ ময়েক্ শেংনা হায়দোক্পা ঙমদ্রে। ঙাংল ঙাংলগা ঙাংলিবা ঐ কাওবা তাব তাদে।

১বা নুপা : অদু ওইরগা থরা লায়না হায়বিয়ুদনা।

নুপী : অদুগনে য়ারোদি য়ারোবিগনু। অদোমদি থরসু পঙথি। ওয়্যোরসু পঙদ্রে। মতুম অসিবু কৈসু থঙদবা মাল্লি। [হন্নোইবা তোক্কুন্না] কিনা কিগল্লিবা! ঐনা হায়বদি ঐসু মীনি—সিনি। ঐগীসু থরায় পাল্লি। অদুগনে; ময়াম্না নুপী হায়রগা থঙনরিবা সীতা, সাবিত্রীনচিংবী অদুদি অশিবনি হায়বা।

১ম্বা নুপা : চুপ্পী; য়ুম্নোয় হোৎলিনু লৈদ্রে।

নুপী : [উশিংৎতনা] ইদ্রে; য়ুম্নী য়া নুক্নোব। মথোয় অসিদি মাঙংলিং—ম্যত্র যাত্রীশিংগী পরীক্ষাগীদা থইনা লৈরে;

ঐজীদি ঐ-তোংবী অহিংবুসি থাজ্রবা। অদুগনে, ঐসে সজীনি অন্নসি পূমজদ্রি।

১বা সুপা : হায়বিরিবসু ভাব তাকা ইণ্ডন ওমরে। অদুবুনে, অদোমা থোলা অদুক্ কমিসিবসি ঐসু কিদি কিলিলক্কে। বারীদি কলা কুইনা শারে। থোঙসিলংদা হাংদোকপিজুনা শক্তা শক্তা ঊনজুনা বারীসি মেন তানা শরিফদি ভাব তানগ-দথনি। মসিদি অদোম্না ইমুং অমুংদা ঐনা মপান্দা। ভাব অমতসু তাদ্রে। [ বারৌনা ] থাঙাঙদতা পুক্চেন চাউবী ওইনা তৌই।

সুপী : বারৌবীগসু। থোঙ হাংদোকতবগী মরমদি থাম্না চমপ্রজাংনি।

১বা নিপা : [ থাম্না বারৌনা ] হোয় খঙজরে।

সুপী : ঐহাক্ থাম্না চোক্থরে। কম্লাক্ অসি চোক্থবনা থোঙকাপ অমা কাওবা থাংবা ওমদ্রে। ঐনা ঙাঙজ-রিবসিসু কমুংদা থিল্লগা ঙাঙজরিবনি। ঐ হোগৎপা তশেংনা ওমজজুনা তৌবনি। অমোমদি থাজবিরমদবা থাই; অদুবু ঐনা হায়জরিবসিদি অচুম্বা ঙাক্তনি।

১বা সুপা : চোক্থবা মীগী থোজেনবুদ্রি মাল্লি; অদুবু থোঙ অসিবু হাংদোকপিনবা মী অমা কাওবা লৈত্রবেন?

সুপী : মথোয়সু লোইনা ইচোক চোকথসরবনি। ইমুংসিদা লৈবা সুপী পুমমকসু ঐগুমনি ইচোক্ চোক্থজরবনি। অদুবু, ঙাইবিথো মথোয়দা হংজমক্থিসে।

[মশুংদুলোমদা] ইনে, সনাবৈ। নথোয়বু তারিব্রা? নথোয়গী নরক্তগী অওবা অমতংনা ঐগী থোঙসি অমুক্কা হাংদোকপিযু। ঐগা বারী শাগে হায়জুনা সুপা অমা মপান্দা লৈরি; মাবু অমুক্কা ঐগী নাক্তা চঙহন-বিরকউ—নথোয়বু ওমজিত্রা?

[ছুম্মিনা তায় ; মসুংদগী খুমকপগুম ফুমীসিনা তারুরগা] ঙমদ্রে হায়বা ! অদুগা সনাহৈ নঙদি ? [ভুমিনা ঙৈহাক্ তায় ; মসুংদগী মখোন য়াওদনা হায়রকপদু তারগা] সনাহৈ নঙস্নু ঙমদ্রে হায়বা। ইচোক্ চোকথরে হায়বা। [ ১বা মুপাদা ] তাবিদরেদনা ; ঐনা হায়শিন্নবা নচ্চদে। ঐস্নু চোকথবনা হকচাং অসি হোৌগৎপা ঙমদ্রে। ইপুরোয়বস্নু হঙ্জিনজ্ৰবনি। অদুবু মাবু ঐনা তরাম তরাম ওকপা ঙমখিদ্রে। অদুদগীদি মাস্নু কদাইদনো মানা থোকপা অদুম চৎগ্রবনি।

১বা মুপা : কৈগীনো অদুক চোকথরিবদি ?

মুপী : হিংবনা ঐগী দাবিনি হিংবগী থবক ভোরুই। চপচানা ইথৌ ভোরুই ; হিংবসিদা চোকথবনি।

১বা মুপা : হিংববু কর়ম্না চোকথগদৌরিবনো ?

মুপী : [উশিৎতনা] ইহে ; অদোমদি খিত্তং হায়বদা খঙগনবা মী নত্তেদনা। ইপোম হৌরবা থাবলগী ইথকশিংবু থোমজিন্দুনা সহরদা শাৎলুরে ঐনা কোম্বিরৈ ওইনা। লুপ্পরে মখল মখেলগী চেন্থরিবা ঈচেলদা। অদুনা ঐহাক হৌজিক হকচাংসি শাথিনা চোকথরি। মিৎকুপ অমতং পঙথখি—পৃথিবীগী খোঙচৎ ঙৈহাক্কং লেপখি। ফজরবা থম্বাল চামনিপাগদা নিল্লদুনা পুম্নমক পঙথখি।

১বা মুপা : য়াহৈদি য়াম্না ফজরে অদুবু ঐদি তাবদা ইঙক ঙকলে।

মুপী : [ইকাইনা হায়ফেৎ নোক্লগা কোইরম্বা পুম্নমক থাদোক্লুনা উশিৎতনা] নঙসে ওম্বোক্লস্নু ভাব তাগনখিদ্রে। [হেন্না হঙ্গোইরক্লে। কোইরম্বা পুম্বা থাদোক্লুনা] ঐগী ঙাওরবা য়ারিসে মশকপানবা য়াহৈনা কোঙদোকপা ঙমদ্রে। অদুগনে নঙসিস্নু পুল্লিসিগী মুংঙায়বা শরুক কয়া থেংনরমখিরোই। অদুনস্নু অয়াম্বা নঙনা খঙদ্রবনি। খিত্তং হায়বদা খঙঙু। সিবু ময়েক শেংনা য়কা কোঙনা হায়বা য়াবা পোৎলা ?

[নোকই; নোক্‌পদা ইরাংগা লোইনগনি।
কোঙ কোঙ শাবা মুংশা স্বর ঈহৌরকনি]

১বা মুপা: অদু ওইরবসু খঙবা ওন্নবদতি হায়রিয়ু। কৈন্সু হল্লোই-রিরুগনু।

মুপী: প্রমাণ ওইনা হায়বদা ভাব তানবা হোৎনৌ। [হেন্না হল্লোইদনা] নঙসু খঙগন্দবা তৌরমু হন্দক্তি। শেংনা হায়দোক্‌পা য়াদবা মরু ওইবা পুন্সি শরুক্‌ কয়ামরুম লৈরিপোৎনি। [অমুক্তা কোইদনা] মুন্না তারোকো; ঐবু অনীরক্তি হলহনগনু— ইকাইজৈ। [মতোমতা] থবক ওইরিঙৈদদি কৈন্সু ইকাইদনা ইশামক্তা থবায় য়াওনা থবক অদু পাংথোকখি, অদুগা য়ারী ওইরবা কাললসিদদি লীগদবা হল্লোইরে। [১বা মুপাদা] সিনি পুন্সিবু লৌশিল্লুই। পুন্সি চপচানা শরুক্‌-য়ারুরে। খরা য়ারব্রা?

১বা মুপা: হায়রিয়ু হায়রিয়ু; খঙবা ওন্নবা ঐহাক হোৎনজগে।

মুপী: [কন্না হোৎনদুনা] মুংঙাইনা লেঞ্জরিবা ঐগী পুন্সিনি। থম্বাল লৈকাদগী থোরকপা মুংশিরবা লৈনম আঃ— [মুংঙাইমিন্নখিবা মিৎকুপ্‌ নীংশিংদুনা নিশা পান্না য়াইথারবা লিনগুম মমিৎ উইথনা] আঃ— লুম্বু লুম্বু শাবা থম্বাল লৈকাগী লৈনম। [মুম্বরক্লুনা মশম চোইথ-রকই] আঃ— পুঙপং পঙথখি। [মঙহাগুম] আঃ— পুন্নমক্‌ কৈন্সু লৈখিদে। কৈন্সু নীংশিংখিদে। কাউবা ওমলোই থম্বাল লৈকাগী লৈনমদো। আঃ— থম্বাল লৈকাগী লৈনম—

১ বা মুপা: Is it perfume from a dress
That makes me so digress?
Arms that lie along a table or wrap about shawl. ১

১ T. S. Eliot's Poems (1917-1930), Faber and Faber. London, 'The Love Song of J. Alfred prufrock, P. 13.

মুপী : [থুনা লৌশিনেরা] য়ামি; মনম অতুননি ঐগী পুক্নিংবু খোইরাংকনশিবতু। পূন্নক কৈস্থ লৈখিদে— লোইনা মহী চেনখি। কোও ক্রোও শাবা মহী; পঙথবা মহী! আঃ— মহী অতুগা ঐগা তিন্নখি। [খাওবা শমদতুনা কি শরক্তা শুরু শুরু নৈ] আঃ— লুম্ব লম্ব শাবা হাউরবা খোইদি অতু ঐনা থকখি। ঐ কৈস্থ অমত্তা উখিদে। পূমকাস্ত কাউখি— কৈদনো অমদা তিনখি।

১বা মুপা : অদোম্না অতুম্না হায়রগা মুংশিরবা মনম অমনা ঐবুস্থ পঙথহনগদবগী হোৎনরক্লি। মসিবু কৈনো?

মুপী : হৌজিক্তা লুম্ব, লুম্ব, শাবা মহী অতুদা পুংপঙ, পঙথরুরি। সহরগী নমথিরবা মোৎলবা মন্নবা গলিদস্থ ঐগী খম্বাল লৈকা কন্না শাৎকায়রুই। মসিনা তাকলিবনা, পঙথরিবা মিৎকুপ অতুনা তাকলিনা ঐগীস্থ পুক্নিগী অর্থ অমনি।

১বা মুপা : অদুবু; হিংখদা পঙথরিবদু, চোকথরিবদুবু করিত্রনে?

মুপী : মদু ঐস্থ খঙজদে। অদুবু মসিদি মতমগী ঈরাংনি। মসিনি পুন্সি।

১বা মুপা : ঐদি অহিং অসিমতং লেরুবা মকম থিবা লাকচবনি। অহিং অসি ঐহাক্ লেকুকম লৈত্রি। লেরুবা মকম মচা অমতং কা মচা অমতং কংগন্না খন্দুনা লাকচবনি। অদুবু খোও হাংদোকপীত্রে— অদোমস্থ চোকথতুনা লৈবিরে

মুপী : লৈবিনিংবা লৈবিনিংদবদি খঙজদ্রে। অহাংবা কমুংদি লৈজে। অহাংবা অমদা হিক্লিবা কাগনি। বেরা লৈজদে। ঐখোয়স্থ পন্নাকু পন্নাকু ভানা হেক্তা হিপচিন্নিবনি। মহৈ মহৈ পংহিপ হিপন্নগা লোইরে। কনানা কনাবু

থৌদারুবা ঙমগদবগে অমুক চোকশরবা অহিংসিদবু।

১বা মুপা : [ থারৌজা ] থোঙদি হাংদি হাংবিরনা।

মুপী : [ মীংশিংলকতুনা ] ইহে ; ঐ ঙসাইমখে মীংশিংলুরে— ইকাউ কাউথোকলুরে ! পৌরোন্দা চৈ অমনা ইথোকপা থাবনি। মদু অমুক্তা য়েংবিয়ু।

১বা মুপা : [য়ানীংদনা] অদুদা ইকেম্মদি ইপুরোইবা হৌজিক্ হৌজিক্ লৈরিব্রিনিদো। পৌরোনসি অহোন্নানা চৈ অমনা মপান্দগী ইথোক্লগা কা মনুংদা চঙবা য়াবা ওইরবদি হৌজিকসু হাংবা অদুম য়াগনি। অদুবু থোঙসি হাংদোক্লগা কা মনুংদা চঙলকতুনা ননাক্তা লৈরিঙৈদা নপুরোইবা লাকলবদি শিরেদো। (থপ্লাক্লদুনা) মসিদবু চংখিবনা ইক হেক্ ফরে।

মুপী : হনবিরগে হায়রবসু, চঙবিরকেবু হায়বিরবসু অদোমগী থাখম্নি। অদুগা ইপুরোইবগী থাদি খনবিরুগমু হায়জবিবসিনি। মীওইবগী মরূপ হায়বসিবু অমতদা কাজিন্দুনা থম্বা য়াব্রনে। মদুদি আঃ থায়নগী থাখম্নি। ঐদি কলচরড উইমেননি। ঐদি লাইব্রিক হৈবিনি, কলচর তৌবিনি, ঐহাক থায়নগী মুপীজাৎ নচ্চদে।

১বা মুপা : ইবেম্মনা কনা হায়জরবসু ঐহাক কৈসু থঙবা ঙমদ্রে। অদুগা য়ানীংবসু পোক্কে। লানবা হায়ববু মফমসিদা লাকলিবা ঐনা ল্যানবা হায়রদু ওইরে।

মুপী : নত্তে, নত্তে, নত্তে। [ য়া থব্রা হায়গে তৌই ; হায়দোকপা ঙমদে।] ঙাইবিখো—ঙাই . . . ই . . . (হায়বা ঙমদ্রে। )

১বা মুপা : কৈদোরে নরোন নারিন ঙাইবিরদি।

মুপী : [ খুমগে হৌৎনৈ ; মরোন শেংনা থোকখিদে ]

ঙঙ ঙ ঙ ঙ ঙ

[অমা হউ থেরা হোৎনৈ ; তোঙবা ঙমদাক্কে। মথনাউ থারাদুবা থাওঙি। ১বা মুপাকা মপানদা ইকক্ ঙক্না লৈ।

অহানবা থেংনখিবা সিন্নি। ১বা মুপামা উ মখোঙদা তুমিন্না নীংবা কায়না কম্মী। অহানবা উৎপা সিনদগী হেন্না ইচিক চিকই। হেন্না নাইতোম ভাই।]

১বা মুপা ঃ [ মঙক্ তপ্পা থাক্লৎতুনা ] শাংলবা লম্বী অসিদা ইতোমতা চিক্না ঐনা কমলি। উনা অমা কাওবা ভারক্তে ; উচেক অমা কাওবা পাইরক্তে! খোঞ্জেন অমতম্তু তাদে। লম্বী অসিনা কদাইদা খমগদগে হায়বস্তু খঙদে। [মতোমতা মুন্না খঙ্গরগা স্নুন্দা শংত্রিক্ রেংহুনা লৈ। ]

[ তপ্পা তপ্পা ] লাঙলবা সহর—
বস, ট্রক, রিক্সা, কার
একাগাড়ীনা ক্রক্ ক্রক্ ইন্নরবা
লাঙলবা সহর
মরক্ অদুদা ঐনা নাইতোম তানা
কমলি থমুংদা চঙশিন্দুনা খিরুই
ইশানা ইশাবু।
হোটেলগী কপ প্লেট তক্নবগী
ক্রেক্ক্রাক্ ক্রেক্ক্রাক্ লাউবা মখোন
চাগে থকে পীয়ু হায়বগী
চমন্ননা লোকম খঙদনা লাঙলবা হোটেলগী
মচী অমদা নাইতোম কম্মী চিক্না।
মকম পুন্নমক্তা ইতোমতা ঙাইবগী
চিক্নবা বাখল অমদা ঐগী পুক্রিং অসি
তান্না চাক্তারুই।

হৌজিকমুক। হৌজিকমুক ঐহাক কদায়দা চৎপা তারে। কদায়দা চৎকনি! কদায়দনো [ মুন্না খঙ্গরগা ] চৎভবহি য়াদে। ঐনা খঙদবা অমনা তক্তনা ইন্নশিন্নি।

চৎতনা লৈবা ঐ সুংঙম ঙমদে। ঐনা খঙদবা অমগা ঐগা য়ানগ্রবনি, ঐনা চৎকনি হায়না হায়গ্রবনি। হৈন-দবনদি লোইরে; অদুবু হৈনত্রবস্থ মাগা হায়নখিবদু হেক ঙাক্তবদা ঐ শিগনি। ঐনা খঙদবা অমগী তৌদবা সুংগ্না য়াত্রবা থবক তৌরিবনি ঐ।

[ য়াখল মুম্না খন্থরগা ]

য়াম্না চৎলুরে। মকম কয়াদা চৎলুরে। কয়া থেংনরে। মী কয়া থেংনরুরে—খঙনবা খঙনদবা কযাগা থেংনরুরে। হৌজিক্তি ইতোমতা মঙায়রে, ইতোমতা! মী কয়াগা য়ান্নী কয়া পুং কয়া শারুই; লোইরকপদা মমৈথংদা ইতোমতা! মী কয়াগী পুন্সিদা চঙহুনা লৈরুই; অয়োই-বদা মমৈথংদা ইতোমতা! মমৈথংদা ইতোমতা!

[ মরু লুকথহুনা মুম্না খষ্থে ]

[ স্বর ফুইনা ]

অস—

অস—

মহৌশাদগী লৈরক্সবা
মুত্তি অসি পাশিনলকলে অসুম অসুম
মমি শামিদমক মঙায়রকলে।
সুমিৎকি মচেৎসিমদা
মহৌশাদগী কনলক্লিবা মকমসি
অসুম অসুম পীকশনলকলে।
খোঙকম চেৎনা মীওইবনা লেপ্লমহু
নাম্থোকখিবাও য়াম্রি হৌজিক।

অস—

অসুম অসুম পীকশিলকলে
অসুম অসুম পীকশিন্নকলে।

ঐগী লুপী
ঐগী ইপুরোইবা
ঐগী ইপা, ঐগী ইমা
ঐগী ইচা, ঐগী ইরূপ
ঐ
ঐ
অচেৎপা কৈন্থ লৈত্রে
অচেৎপা কৈন্থ লৈত্রে।
অসুম অসুম কোমখোকলক্লে
অসুম অসুম কোমখোকলক্লে।
[ তরুংদা মুন্না শংত্রিক য়েংভি ]
অরোইবদা
মমৈথংদা ইতোমতা
ইতোমতগী মরীনি। ইতোমতনি।
[ য়াম্না চিকনা হায়রগনি। ]

মীতোপ হায়বত্থ তশেংনা ওইরে ঐ। মীতোপ হায়বত্থ তশেংনা ওইরে। মীতোপ! মখোয়গা ঐগগী মরী অসি অচেৎপা কৈন্থ লৈত্রে। থরদং চেৎলিবা মরী হায়রবু ইতোমতগী মরীসিমতা মঙায়রে। অতৈগী মরীদি কৈন্থ লৈত্রে। অসুম অসুম কোমখোকলক্লে। য়াম্না থাজবগা লোয়নবা লেপ্লিবা হায়রবু ঐ ইতোমতা মঙায়রে। [মথরায় সুংঙাইতনা] মশিন্থ কয়া কুইগবা। কয়া কুইগবা! নৌজিক কাওর্বদি ঐ লৈরি। ঐ লৈরি। ঐ! ঐ! ঐ! ইতোমতনি। অতৈগী হিংবগী খুদম থওদে। ঐনন্থ থওদে অতোপ্পগী হিংলগী খুদম।

[ মথরাই য়াম্না সুংঙাইতনা ]

Nothing happens, nobody comes, nobody goes, it is awful.

তশেংনমক হৈনদ্রে। হৈনদ্রবা পুন্সি হায়বদু হেক ওইরে। পুম্নমক অসি অৱাবগী খুদমনি। All I know of myself is that I suffer. ঐ ৱায, ঐ হৈনদে সিদনি। মখোয়গী মমিং মনা, চৎলিবা খুৎচৎ লাকচৎ, শিৎলিবা ঈশিং মুংশিৎ পুম্নমক ঐ হৈনদে। স্নুংহৈ হৈনদে। ঐগীদি মসি নত্তে, ঐগীদি মসি নত্তে, নত্তে, নত্তে নত্তে নত্তে, মসি নত্তে, স্নুংনৎ নত্তে।

[ মশাহু শুরু শুরু নৈনা থাঙণ্ডি। মুপীনা অঙাং পোক্লমদাইগী অরোইবী মওংদা থাঙবহুনি। কোনশিন্দুনা মখুৎ অনীনা লৈপাক্তা কম্না পায়শিন্দুনা য়াম্নরগা থাঙণ্ডি। ]

[ ঙৈহাক লৈরগা তপ্না তপ্না ]

ইশা কাওবা ইশাগী ওইরক্তে। হায়নীংঙাই লৈতনা মীতোপ হায়বদু ওইরে। মপীমপা লৈত্রবা পুন্সিনি। মপীমপা লৈত্রবা! ঐহাক মীতোপনি মীতোপ! I am not myself, I am someone else I am not myself, I am someone else.

[ তরংদা শংত্রিক য়েংহুনা লৈ। ]

[ তপ্না তপ্না স্ক্রিন হাইজিনলকই ]

# হল্লকপা

## *A Dramatised Poetic Vision*

## বা খরা

লীলা অসিগী বারী পরীং অসি ঐগী মকপ শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ কবিনা ঐঙোন্দা পীবিবনি। বারী অসিবু করিগী ঐনা ইরুরিবনো হায়বত্তুদি বারী অসিদা কবিতাগী অচুম্বা অমা য়াওরিবসি অমদি ঐখোয়গী সমাজগী, ঐখোয়গী মীওইশিংগী মশকা য়াম্না নকনবা মশক অমা লৈবসি ঐনা উজবদগী বারী অসি ঐনা লৌজবনি। ঐনা চেৎনা থাজবা ১দি শোয়দ্রে খঙলবা বাখলগা লোইননা হায়জনীংবদি লীলা অসি ঐখোয়গী সমাজগা থ্বাইদগী নকনবা সাহিত্যশিংগী মমুংদা অমনি। মসিদা য়াওরিবশিংসি ঐখোয়গী সমাজনি। মসিগীদমক শ্রীইবোপিশক সিংহদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ষ্টেজ ডিরেক্সনগী মতাংদা ঐনা অহানবা ইবগা খরা খেন্নরা মসিদা পুথোকচরে। মরমদি ঐনা তশেংনা ইজবদগী লীলা ওইনা শান্নবা মতমদা ডিরেক্টর ওইরিবা শ্রীশ্যাম শর্ম্মনা ফনা ফজনা হোংদোকখি। ডিরেক্টর, এক্টর ১দি অইবগা অহুমগী কল্পনাগী অচুম্বা অদুগী উনফম অমা থিজরিবা অমা ঐনা ওইজকবা মরমনা ডিরেক্টরবু নীংতম্বা পীবা অসিসু ঐগী কলাগী লিচৎনি। ঐনা অহানবা ইজবদি ষ্টেজ ডিজাইন অসি অস্তুক যাম্না এবষ্ট্রেক্ট ওইদে। অস্তুক য়াম্না সিম্বোলিক ওইদে। মসি পুম্বা শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী হোৎনমন্নি। 'এনেক্ট' মেগাজিনগী ৬৭শুবা মশীং জুলাই ১৯৭২ ইংদা ফোংখিবা ইংলিশতা শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহনা হন্দোকপা অদুগা মান্নদবা খবস্তু থেংনবিগনি। হন্দক ফোঙনবা হোৎজবা অসিদা খরা শেমদোকপস্তু য়াওরে। সিমুয়েল বেকেট্টকী 'এণ্ডগেম' দগী বাহৈ খরা লৌদুনা শিজিন্নম্বদুস্তু মসিদদি লোথোকলে। মরমদি মসি য়াওদবদা কৈস্তু অমাঙবা লৈতবদু উবা ফংলে। অদুদগী অরোইবদা মুপাদু ওইরিবা কিবমবু য়ানীদবা লাম্থেংনবদা লোইশিনলে। অহোংবা খরসি উবিগনি।

শ্রীবীরেন

এরিয়ান থিয়েটরনা তাং ৬।২।৭১ ইং, থাংজ সুমিৎতা ইহান হান্না শান্নখি।

ডিরেক্তর—প্রোফেশার অরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ
সুপা—প্রোফেশার লোকেন্দ্র সিংহ
সুপী—কুমারী বিনো দেবী

তাং ৭।২।৭১ ইং নোংমাইজিং সুমিৎতা অমুক্কা হন্না শান্নরবা মতুংদা প্রোফেশার শ্যাম শর্ম্মনা ডিরেক্টর ওইদুনা তাং ২৬।৪।৭১ ইং অমসুং তাং ১৬।৫।৭১ ইংদা মথক্কী কলাকারশিংসিগী লোইননা শান্নখি।

লীলাসিগী হারী পরীং ছনবিথিবা কবিনহা
শ্রীথাংজম ইবোপীশক সিংহগীদমক . . . ।

অপষ্টেজগী য়েৎথংবা মরায়দা শারি অমসুং লিড়ি য়াওবা থোক অমা। ককলাং য়াউদে, কৈস্নমতা য়াওদে। মসি এরিয়া 'বি' নি। অপষ্টেজগী ওয়থংবদা ট্রায়েংগুলার সেটিং। ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবা বিলামাটি চনবা ক্রেম অমসুং য়ুম্বী—মসি সুপানা ইহাম হায়া মশাবু মশক তাকপদা লেপকদবা মকমনি। মসিনা এরিয়া 'এ' নি। য়েৎথংবা ডাউনষ্টেজদগী য়েৎথংবা অপষ্টেজ কাওবা শমনখিবা কাদ্রেংগুলারগী ফ্রেমশিং—অপষ্টেজসিগী ওইথংবদা লৈরিবা ট্রায়েংগুলারদুগা স্যমেট্রিকেল ওইনহনগনি। সেটিং মপুম অসিমক এবট্রেক্ট ডিজাইননি। মচু য়াওদে, অতিয়া লৈতে; ম্যুউজিক য়াওদে।

[ এরিয়া 'এ' থাউমৈ কাপ্লকই। সোফিষ্টিকেট ওইবা সুপা অমা লেপলম্মী অদুগা মশাবু মশক তাকচৈ। ]

সুপা : তিনবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং। ঐ মকমসিদা লৈরম্মী। করম্বা মতমদা লৈরম্বগে হায়বদুদি ঐ খঙদে। মকমসিদা ঐ লৈরম্মী হায়না ঐহাক চেৎনা থাজে। নোংমা, করি সুমিৎনো, চহী কয়া কুইরবা হায়বদুদি তাংদাংবা ঐহাক খঙহৌদ্রে, নোংমা ইয়ুম থাদোকুনা চৎলুই কদায়দনোদা। মরক অসিদা ঐ কদায়দা লৈরুবগে হায়বদু হংবিরকনু; মরমদি মদু ঐহাক খঙজদে। লৈনীংবা মকম অমদা লৈরুরবসু, করাম কুইরবা ইয়ুম থাদোকখিমা হায়বদু চপচাবা খঙদ্রবসু, ঙসিদি ঐহাক ইয়ুমসিদা অমুক হল্লকলে। ঐ ইয়ুমদা লৈরুরগে হায়না লাকলি। নোংমা তান চারুবদগী ইখঙ খঙহৌদনা লাকখিবনি মকমসিদা। মতমদুদসু শক্তাকচখি ঐনা ময়ামগী মকমদা ইশাগী ইশক অশেংবদু নমশিল্লগা খঙহৌদনা থুংলরিবা মকমসিগী মশক মচুদু ঐনি হায়না। অদুগা ঐহাক থৎনু থৎনরুরে ঐ অমসুং ইথক্তা য়োমশিল্লক্লিবা ইশক ইচু অসিগা।

ময়াম্না ঐসি কনানো হায়না হংবিরক্লবদি, ঐসি কনানো, ঐসি কনানো ঐসি কনানো— ময়াম্না ঐঙোন্দা হংবিরক্লবদি খুমগদবদি ঐ কনাস্থ নত্তে, কনাস্থ নত্তে, নত্তে ঐ; ঐস্থ সিদা কম্বিরিবা ময়ামগা কৈস্থ অমতা খেন্নদে। খরা হেন্না ময়েক শেংনা হায়বা তারবদি ঐহাক মীনি,

মীনি তাইবং মী।
মৈতৈস্থ নত্তে ঐ
পাঙনস্থ নত্তে ঐ
হাওস্থ নত্তে
ময়াংস্থ নত্তে
গোরাস্থ
নেগ্রোস্থ নত্তে ঐ
লৈতে ঐগী জাতি
লৈতে ঐগী শাগৈ
ঐদি মীনি
ঐনি মীনি
তাইবং মীনি।

[ তুমিন লৈ ]

ময়ামদা ঐনা হায়গদবা অমনা মতম কুইনগী তুংদা ঐ যুমসিদা হল্লক্লে।

[ থাউমৈ মমথি। এরিয়া 'বি' ঙাম্থোলকই। দারি মথক্তা সুপী অমা ভাবোক্তা তুংওম্থোক্লা লেপ্লম্মী; ওম্থোরকই, ভাবোকা মাইয়োক্লনা ঙাঙলকই। ]

সুপী ঃ ঐহাক করম্না সুমিৎতা যুমসিদা লাকখিবা—মদু ঐ খঙদে। নীংশিংবস্থ খোক্লে। যুমসিদা ঐহাক অস্থমক অস্থম লৈরম্মী,

লৈরক্লি। অসুম্না য়ুমসিগা ঐগা অমতা ওইশিনখি। ঐনা খঙলকপদা সুপা অমগা ঐগা লৈমিন্নরম্বনি। অদুবু অরাবদি, অরাবদি মাগা ঐগী করি মরী থোক্লবা হায়বদু ঐহাক খঙদে। মতুদগী ঐহাক মাঙোন্দা অসুম অসুম চঙশিনখি, অসুম অসুম চঙশিনখি। মাসু ঐঙোন্দা অসুম অসুম তিনশিনখি, অসুম অসুম তিনশিনখি। কুইনা য়ুমসিদা মাগা ঐগা লৈমিন্নরক্লগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক য়ুমসিবু থাদোক্কনা চৎখি। অদুদগীদি

অদুম্মক্ মথোং খঙখিদ্রে।
নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ওইখি অহিং
অহিং ওইরকপগী সুমিৎ তাখিবদুদগী
সুমিৎ অদুম থোকখিদ্রে ~
হৌজিক্তি মঙাল লৈত্রে ~
মফমসিদা মঙাল লৈত্রে ~
মঙাল . . . মঙাল . . . মঙাল

তিনবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং। ঐহাক য়ুমসিগী খুদমনি। য়ুমসিগী মীনি, য়ুমসি ঐনি, য়ুমসি ঐগীনি। সিদা কল্লীরিবশিংগা ঐগা কৈসু অমতা খেন্নদে।

[ সুপীদু থোঙ হাংদোক্কনা মনুংদা চৎখি।]

[ মফম পুম্নমক্তা মৈ ঙাম্থোক্লকই। সুপাদু হান্নগী মফমদুদা লেপ্তুনা লৈরম্বদগী কোট লৌথোকই, লেংজুমদা য়ানখৎতুনা স্কুল কোলেজ অফিসন-চিংবদগী কুম্লকপগুম অমদি থবক চৎথোকলুবদগী হজিন্নলকপগুম মহৌশা মহৌশা ওইনা কোম্না য়ুমলোমদা চঙশিল্লকই। থোঙ হাংদোক্কনা

চঙগে তৌবদগী খঙহৌদনা খোঙ মঙ্গুংদগী কল্লা ইল্লোকরকই ; লৈমাইদা লোংগ্রাক লোংনা তুই। ]

মুপী : [খোঙদগী খোয়কতুনা] কনানো ?

মুপা : [হৌগৎলগা ঙল্লা] কনানো করিগীনো ?

মুপী : নঙ কনানো ?

মুপা : করিগীনো ?

মুপী : [মতোমতা] করিগীনো মানা বাহংসি হংলিবসি। ঐ ভাব অমতা তাদ্রে। মসিবু হংকম খোকপা মচং ওইবা বাহং নত্রনে ?

মুপা : করি হায়রিবনো নঙনা হায়রিববু ?

মুপী : নঙদি ?

মুপা: ঐগীবুদি, নঙনা বাহং অদু করিগী ঐঙোন্দা হংলিবনো হায়বনি।

মুপী : করিগী হংলোইদৌরিবনো বাহংসিবু ?

মুপা : [মতোমতা] ঐ মানা হায়রিবসি ভাব অমতা তাবা ঙমদে। ইয়ুমদা লাকপদা চঙবা য়াত্রবা! চঙগে তৌবদা ইঙক পায়তুনা ইল্লোক্রবা! মসি করিগীনো? করিগীনো মসিবু? (মুপীদা) করিগী হংলোইদৌরিবনো বাহং অদু ?

মুপী : ঐ নঙবু নশক খঙদে। য়ুম অসিদি ঐগীনি। শকখঙদবা অমবু শানিসু মীনিসু খঙদনা করিগীদমক ইয়ুমদা মরম খঙদনা চঙহনগদগে ?

মুপা : [মখরায় বানা] ইস!

মুপী : [মতোমতা শোনশোন্দুনা দারিদগী কুমথরকই] ঙসি তৌরিবা মতৌসি ঐ ভাব অমতা তাদ্রে, মঙলা তাইবংলা অসিবু!

মুপা : মসিবু নঙগী য়ুম ঐনা মতম খরদং চৎখোকলুবদা ঐগী ইয়ুম কাওবা মশক মশা খঙদবা শানি মীনি খঙদবা অমগী ময়ুম ওল্লোকপ্রবা! হায়রিবসিবু ওইখোকপা য়াত্রনে? তৌরিবশিংসি

ওইথোকপা য়াবা নত্তে। ঐ ভাব অমতা ভাবা ঙমদ্রে। অয়েক শেংনা নহাক ঐঙোন্দা খয়া ভাকপিয়ু।

মুপী: [য়াম্না হৈশিংনা] ঐ অসে য়ুম অসিগী মপুনি হায়রদি য়ুম অসি ঐগী ইয়ুমনি। ঐনা খঙলকপদগী ঐহাক য়ুমসিগী মপু ওইনা লৈরকলি।

মুপা: করম্না? [ঙক্লা অমদি খঙনীংনা যেংঙি]

মুপী: [মতোমতা] করি য়াহংনো মানা হংলিবসিবু? (মুপাদা) মচুক্ হংবা য়াবা য়াহংলনে?

মুপা: করিগী হংলোইদোরিবনো? এগা ইয়ুমবু ঐ লৈনা লৈনা নঙনা নমচুনা মুন্দুনা লোগে ভোরে; নঙগী নয়ুমনি হায়নয় শিখাং খাংলি। মসিদবু য়াহং অসি হংদবা য়ারিব্রা?

মুপী: ঐ, ঐনা হেক খঙলকপদগী য়ুমসিদা লৈরকলি। য়ুমসি ঐগী ওইদুনা অমুম্মক লাকলি। মসিদবু ঐগী ইয়ুম নঙনা কনাগী ওইগদগে?

মুপা: মচুনদি ওক্রি।

মুপী: মসিনা মতিক চাবা পাউখুম ওইব্রিবা! [য়াখল ঙৈহাক খষ্টে; তুমিন্না ঙৈহাক লৈ।]

মচেৎ মচেৎ ভোদুনা য়ুম অসি ঐখোয় অনীনা শাগৎ-খিবনি। য়াম্না য়ানা ইশাগী হুমাং মমন্তনা, ইশাগী ইজ্জৎকীদমক য়ুম অসি তেকলি তেকলি ভোদুনা শাগৎখি। য়ুম অসিদা ইশাগী ঈ মরিক মরিক চঙপ্রবনি। অদুক য়ানা শাগৎচখিবা ইয়ুম অসি মপুং কারকলবদা অমুক কিন্থবা তারবা। ঐ ঐনি মপু নত্তে হায়না তান্তোকপা তারবা!

মুপা: য়ুম অসি শাখিবা কয়াম কুইরবগে?

মুপা: নঙনা হায়রিবাসিবু ঙহান, ঙরাং ঙসি হযেং হংচিৎ পুং অমী অনী অহুম পুন্নমক অসিগী মমিংদা হাযয়ু হায়রিব্রা?

মুপা: নত্রবদি করম ভোগে হায়রিবা?

সুপা : নঙগা ঐগা খঙনবা মরোম্দা ?

সুপী : অং।

সুপা : মহাক ঐ খঙদে। ঐ খঙদে। ঐ য়ুমনসিদা লৈরম্বী, য়ুম অসি শাবদা ঐ ইশামক য়াওনা শাখিবনি ; য়ুম অসি ঐখোয়গী হায়বদি ঐ অশেংবা ওসি কাওবা খঙদ্রি। মতমসু মকক করম্বগা ঐহাক ওমদে। অদুগা ঐনা খঙলিবসিদি মরোক মরম শেংদ্রি অরানবা অমত্তা য়াওদ্রি।

সুপী : নঙনা হায়রিবসু ঐ কৈমত্তা অমত্তা খঙদে, খঙকদ্রু শাহমদে। নখোয় খাদোকতুনা অসুক কুইবসি কদাইদা লৈরুই ?

সুপা : কদাইদা লৈরুবগে হায়বসু ঐ খঙদে।

সুপী : খঙদে ?

সুপা : খঙদে।

সুপী : অসুক কুইবসিদু ?

সুপা : কয়াম কুইরবা ?

সুপী : খঙদে।

সুপা : খঙদে ?

সুপী : খঙদে।

সুপা : নঙ খঙদে ?

( সেকেণ্ড কয়ামুক তুম্মন লৈ। )

সুপী : কৈদৌবা ?

সুপা : [নোকই] হিঃ হিঃ হিঃ! তৌনরিবসি পৃথিবী অসিবু মচেৎ মচেৎ য়েন্নখোকপগী বানি। মপুঙ্গ পান্দবা চাউথ্রবা পৃথিবী অসি য়েন্নরি—ঐগী মচেৎ, মাগী মচেৎ, নঙগী মচেৎ, মচেৎ—অকোনবদি শিংকুপ শানা—পুমতুম তুম্মা। অদুদগী হেনজিনথ্রে, হেনজিন্দে। অদুদগী খৎনবা।

সুপী : [ওসাইমখৈ তারমদবগুম লৈরবদগী ইকোন কোনবগী বাহৈ 'খৎনবা' হায়বসিদংদা অররকপুনা] কনা কনা খৎনরিবা ?

সুপা : নঙগা ঐগা।

সুপী : নঙগা ঐগা খংনরবা।

সুপা : খংনরবা। ঐগী মচেৎ অদুবু নঙগী মচেৎনি হায়রি। ঐনা খিরি ঐগী মচেৎ অদু কদাইদনো হায়না। মদু ঐ খঙত্রে।

সুপী : নঙনা য়ুমসিগী মপুনি হায়রবদি মপু ওইবগী করি খুদম ?

সুপা : মদুনা করিগী ?

সুপী : য়ুমসি চঙনবা। নঙগী নশক ভাকউ।

সুপা : ইয়ুমদা চঙগে হায়রবসু অমুক ইশক ইমিং শন্দোক্না তাকখিবা তারি।

সুপী : ঐ নঙবু নশক খঙদে। ঐঙোন্দা খঙহল্লু।

সুপা : মসিবু দরকার ওইত্রনে ?

সুপী : করিগী ওইদনি।

সুপা : [ভুমিন্না ঙৈহাক লৈ] য়ুমসিদা সুপী অমা লৈরমত্রা ?

সুপী : লৈরমদে। ঐদনি লৈরব্বা।

সুপা : [ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবদা চৎতুনা] ঐগা সুপী অমগা য়ুমসিদা লৈমিন্নরম্মী। সুপী অদুগা ঐগা করি মরী থোক্লবগে হায়বদু ভশেংনা খঙনদ্রবসু মাবু ঐনা ঐগী সুপীনি হায়না, মানা ঐবু মাগী সুপানি হায়না অদুম খল্লে।

[ডাউনষ্টেজগী মরায়দা চঙশিল্লি।]

সুপী : অদুগীবুদি ঐসু সুপা অমগা লৈমিন্নরম্মী। য়ুমসিদা লৈরম্বা হায়ববু ঐগা সুপা অমতগনি। মাগা ঐগা করি মরী থোক্লবগে হায়বদু ভশেংনমক খঙনদ্রবসু মাবু ঐনা ঐগী সুপানি হায়না অদুম খল্লি; মানসু ঐবু মাগী সুপীনি হায়না অদুম মখল্লি। অসুম্বা অসুম মখল্লে।

সুপা : অদুদি কৈগীনো ?

সুপী : খঙদে। [ঙৈহাক ভুমিন্না লৈ।]
(খুনা থোঙ লোমদা চঙশিন্দুনা) মদুনাদি য়াদে। য়ুম অসি ঐগীনি; নঙ চঙবা য়ারোই।

সুপা : ঐসু য়ুম অসি ঐগী ইয়ুমনি হায়না চেৎনা থাজব্রি।

সুপী : [সুপাদুবু তায়দুনা] য়ুম অসি কব্রম্না নঙগী ওইরিব্রনো ?

সুপা : [হৌনা] খঙদে।

সুপী : [ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবদা তাম্বোক্লবা থমকা তৌদুনা] নঙগী নমিং, নঙগী ধর্ম্ম, নঙগী চৎনবী অমতা ঐ খঙদ্রে। শুগায়না হায়রু। নঙগী নশক মূম্না তাকউ।

সুপা : য়ুমসিগী ধর্ম্মদু ঐগী ধর্ম্মনি, য়ুমসিগী চৎনবীদু ঐগীসুনি।

সুপী : মদুনা য়াদে। নঙগী আইডেন্দিতি পীয়ু।

সুপা : হোয়, পীগনি, পীগনি, পীগনি, শোয়দনা পীগনি। ইশাগী আইডেন্দিতি পীগনি ; পীগনি, পীগনি। শোয়দনা পীগনি।

সুপী : নশক তশেংনা তাকউ। [ভাবোক্কা] পৃথিবীদা তশেংবা পোজিসন অদু তাকপা তাই। [সুপাদা] পৃথিবীদা নঙগী নকম করিনো ? সমাজ অসিদা লৈকম করিনো ? নহাক কনানো ? নঙগী তোপতোপ্পা নগুণ করিনো ? সমাজ অসিদা নঙনা য়াওবগী করি খুদমনো ?

[ সুপা অদু সুপী অদুদগী খন্না চৎথোকই ; মতোমতা মথরায় য়াম্না সুংঙাইড়না লৈ। ]

সুপা : [ঙৈহাক তুমিন্না লৈকরবা মতুংদা ]

ঐগী ইমিং করি কৌই ?
ঐ করি লোল লোন্নি ?
ঐগী ধর্ম্ম করিনো ?
ঐগী শ্রাদ্ধৎ করিনো ?
ঐগী রাখল মথন করম কৌই ?
ঐবু কনানো ? কনানো ঐবু ?
ঐ কনানো, ঐ কনানো, ঐ কনানো ?

[তুমিন্না ঙৈহাক লৈরে]

অত্থগা

ঐবু ঐ ওইরিব্রনে?
ঐবু ঐ ওইরিব্রনে?
ঐগী ইমিং করি কৌই?

[ষ্টেজদা কোইচৎ চৎতুনা]

করি কোই, করি কৌই, করি কৌই?
ঐগী ইমিং করি কৌই?
ঐনা ওইরিবসিগী করম করম্ব। মচাক্না
তাক্লসিগে মাঙোন্দা ঐসিবু ?
য়াহং অসি ঐ খনববু খল্লুদে ঙহানমখৈ।
খল্লুবদতা পুন্নমক মাঙগ্রে—
লোইনমক মাঙগ্রে—
ইশাগী ধর্ম্মসু লৈরমগ্রে।
ঐগী পারি পুরিসু কাউথোকগ্রে
ঐগী শাগৈ নাটৈসু নীংশিংগ্রে।
পৃথিবী অসিদা ঐগী ইকম করিনো ?
সমাজ অসিদা ঐনা য়াওবগী
করিনো খুদম ?

[ষ্টেজ মনীংদগী ময়ামদা চংখংলকতুনা]

অমতা নীংশিংবা থোক্লে
নীংশিংবা থোক্লে, নীংশিংবা থোক্লে
অমতা খঙগ্রে, অমতা খঙগ্রে।

[ডাউনষ্টেজগী ময়ায়দা সুপাদু খুউখুদক কুম্থে; সুপীহুনা সুপাদুগী হেক মতুংদা সুপাদুদা মতুং ওল্লোকতুনা লেপ্পী।]

ঐগী ইমিং করি কৌই?
ঐগী ইমিং করি কৌবগে?
ঐগী ইমিং ঐ নীংশিংগ্রে

ঐগী ইমিং ঐ কাউথোকপ্রে।
তশেংনা কাউথোপ্রে
কাউথোকপ্রে ইমিং, কাউথোকপ্রে ইমিং।
[ভাবোকলোমদা]
হো লৈবাকমচাশা!
ভিনবিরিবা মরূপ মপাং পুন্নমক!
ঐগী ইমিং কাউথোকপ্রে ঐ
ঐসে ঐ ওইদ্রে
[খাইগী ওইরিবা মহৌশাগী ফিভমদগী হেন্দোকপা মশক অমা লৌরকতুনা মশা মউ অদু ক্রক ক্রক কাজিন্দুনা।]
কনানোমা ওম্থোকপ্রে।
কনানো ঐনা ওল্লিবসিবু?
কনানো কনানো, কনানো?
ঐনা ওল্লিবা মীশকসি কনানো?
ঐগী ইমিং অদুবু নীংশিংবিবা কনা কনা লৈবগে
কনা কনা য়াওবিরিবগে
কনা কনানো লৈবাকমচাশা!
ঐগী ইমিং করি কৌবগে অমুক্তা তাকপিয়ু
ঐঙোন্দা। [নৌথদুনা]
কৈদৌবগে অমুক্তদি তাকপিয়ু কৈদৌবগে।
ঐসি কনানো?
ঐসিবো কনাগী মচানো?
কনাগী মচানো ঐবো?
কনাগী মচানো, কনাগী মচানো?
[মশা মউ প্রোক প্রোক থেকতুনা য়াম্না বানা থাওভি]

[মশাদা মশা বনজিমুরা কাগরগা]

নত্তে, নত্তে, নত্তে,

নত্তে ঐ কনাস্থু নত্তে ;

ঐ মীনি, ঐ তাইবংমীনি

তাইবংমী।

[সুপীদা]

ঐ কনাস্থু নত্তে. মী, মীনি, তাইবং মীনি। ঐগী ধর্ম্ম তাইবং মীগী ধর্ম্মনি, ঐগী শাক্তং, তাইবং মীগী শাক্তংনি ; ঐগী রাখল, ঐগী রাঙাও পুমমক তাইবং মীগীনি। কনাগীস্থু নত্তে, তাইবংমীগীনি। ঐগী লৈফম্না মফমসিনি, য়ুমসিনি। মফম অসি, য়ুম অসি তাইবংমীগী লৈফমনি। ঐ য়ুম অসিগী মী অশেংবনি।

সুপী : [ভাবোকলোমদা তুং ওয়োক্না লেপতুনা অতুম লৈরগা] মতু হায়রগা হেক্তা য়াবা নত্তে। ঐগা লৈমিন্নরম্নগী মশক নঙ মান্দে। অতুগা নঙবু মীনি হায়রম্নু ঐ খাজবা ওমত্রি।

সুপা : ঐবো ?

সুপী : অং।

সুপা : ঐসে মীনি হায়রবদা নঙ য়ানীংদে হায়বা।

সুপী : য়ানীংদ্রি।

সুপা : ঐ অসি তাইবংমীনি হায়রবদা নঙ চিংনরি !

সুপী : অং !

সুপা: অদুদি করি ?

সুপী : [মমাই ওন্থোররগা] মিশাম্ম্রোপ ! ওক্লোপশ ! মিশাম্ম্রোপ ! মীওইবা জাতিবু তুকচবা জীব মখল অমা।

[সুপাক্তগী মকোক্তদা ক্লোয়না কোক্তনা চংতুনা]

কুনানা খুঙরা—মী মাক্না মা মখল অমা ওইরম্নু। মীওম মখোঙ মখুং, মমিৎ মমাই, মুনমতোন মশা মউ পায়গা

তাইবংমৈনি কায়না কেক্তা তাকি তৌনবা য়াবা নত্তে। করম্না মীয়ি শেনবত্রে কায়না লৌগনি। মগু অসি করম্না শাং মখলনো কায়নবি থগুনে ; অঙ্গুং নপুং অঙ্গুনা কম্বানা শাংগ্লবা - হুরাই-মংজান মকোইত্তম মন্নী মরী চংনা কোনশিন্নবা কৈরি—নগুগী নপুং অঙ্গুনা তৌবা তমদনবা থকক লৈত্রোইদনবাই নীংঙি। নগুগী নপুং অঙ্গুনা লাম্বা কংদবা লৈত্রোইদবোই নীংঙি। অমুকম্‌ নগুসি তম্নলাই য়াম্লি। য়ুগ অসিগী তমনবাই।

মুপা : (শাঙ্ক্সা হৌগথতুনা) নগুবু কনানো ? অমুক য়াম্না তুম্না থিরিবা নগুবু কনানো ?

মুপী : হৌজিক অমুক ঐগী ইশক।

মুপা : অং, নগুগী নশক নমিং

মুপী : ঐগী ইশক ইমিং ! হয়া হয়া তারুবা লাওবা কত্রি ?

মুপা : ঐগা য়ুমসিদা লৈমিন্নরবা মুপী অদু নগু নত্তে ; দাগা-নগুগা কৈনবু অমত্তা মায়দে। নহাক্না য়ুমসিদা লৈরমলিবসি করম্নো ? নগু শোয়দনা মরক্তা লাকপা ওইয়মগনি।

মুপী : (কোয়া) মহুদি কদাইদগীনো।

মুপা : য়ুমসিগী অশেংবা মপুনি হায়বগী ১দি য়ুমসিদা নগু য়াওরি হায়বগী করি খুদম লৈবগে ? নগুগীসু প্রমাণ চপ চানা পীয়ু, মরম চপ চানা পীয়ু। নগুবু ঐনা থাজদে।

মুপী : ঐগী মরম হায়বদু ঐনা লৈম্লিবা অসিনি।

মুপা : হৌবদগী লৈরক্লা ?

মুপী : হৌবা হায়বদু অয়োইবদা লৈবা নত্রা ?

মুপা : থগুদে।

মুপী : ঐ ভাব ভাত্রে।

মুপা :/ ঐসু নগুবু মী মাল্লে। লৌত্রাউবীচুম বানি। লৌত্রাউবীগ অদুগা অমুকসু নগুবু য়েংবা য়েংলা নগুসি কাম্বা তৌবনো হায়বত্রু ত্রুক্কই।

[ মুপীচুপী অকোয়বদা কোয়না কোয়না 'লৈচুনা ]
নখয়াৎ অচুনা ঙসৎ অসি য়োৎশিনবা গুমগদবগুম কয়াদা চ্রাঙংগ্রে—চাবসী পেনবা নাইত্রবা, হাপচিনবগী চন্দবা লৈত্রবগুম মঙংনি। মতম পুম্নমক্তা নবৈ অহু হাবাহা তমচুনা চায়গে চায়গে হায়না লৈরে। মমাঙতৈগী মুপী মাত্রে, মমাঙতৈগী মুপী নত্তে—অনৌবা কিনীংঙাই শরুকমসি; অনৌবা জীবনি, নৌনা খুন্দারবা মুগ অসিগী অনৌবা জীবনি।

মুপী : ঙাইখো! (অমুম অমুম তপ্না তপ্না মৈ মমথরকই।)

মুপা : ঙাইখো?

মুপী : ঙাইখো!

মুপা : করিনো?

মুপী : করিনো?

মুপা : করিনো?

মুপী : লোইত্রে।

মুপা : লোইত্রে? পুমনোই লোইত্রে?

মুপী : পুমনোই লোইত্রে।

মুপা : করে। মচুনা করে।

মুপী : লোইনা লোইত্রে; পুমনোই লোইত্রে।

নুপা : করে। মচুনা হেন্না করে।

[অনীমক দারি শিরিগী নাকন নাকন্দা থদাং খুৎতা থমচুনা থরায় নুংঙাইতনা ফমথৈ. মৈ পুমম মমথি; পীক্কা মৈ মচা অনীথক লৈমাইদা কাপথলকুনা মমাই মপাদা ঙানহনলি।]

[ সেকেণ্ড ৩০ মুক তুমিন্না ইচিক চিক্কা লৈ। ]

নুপী : (লেপথৎলগা হৈনীংনা) হৌজিক অমুক নৌনা হৌবা তারি!

নুপা : অমুক নৌনা হৌবা তারিবা?

নুপী : অং! হৌজিক অমুক নৌনা হৌবা তাই।

নুপা : [লেপখৎতুনা] অদুদি হৌরসিদনা।

নুপী : হৌরসি!

নুপা : হৌরসি!

নুপী : হৌরসি!

নুপা : হৌরসি!

[নুপাগা নুপীগা য়াহৈশিংসি হায়না হায়না য়াম্না হৈনীংনা মশা ইঙাও ঙাওনা ষ্টেজ শীন থুংনা কোইচেন চেনলি। মৈ ঙাম্থোরকই]

নুপী : [খাম্বগী মওংদা মখুৎ থাঙৎতুনা লেপ্লগা] ঙাইখো।

[নুপীদুনা লেপতুনা লৈপ্রবস্থ নুপাদুনা 'হৌরসি হৌরসি' হায়দুনা কোইচেল চেল্লি; শোয়া শোয়া চোকখদুনা লৈমাইদা পত্রাক্ লাউনা তুথখি।]

নুপী : [তুরিবা নুপাদুগী মথক্তা কান্দুনা চৎপ্রগা থোঙ মনুংদা চঙখি। ইমুংদগী থোরক্লগা দারিদা লেপ্লগা মখুৎ তিংথোক্তুনা] সে! [নুপাদু তাদে।] সে। [নুপাদু তাদে। নুপী অদুনা য়াম্না হৌনা, য়ারবদি ষ্টেজ অদু থক থক নীকহননা লাউরকই] সে! মসি নঙ মানত্রা য়েংঙু।

নুপা : করিনো?

নুপী : কোটো।

নুপা : কনাগীনো?

নুপী . ঐগা লৈমিন্নরম্বা নুপা!

নুপা : [হৌগৎতুনা চঙশিনল্লি। য়াম্না য়েংনীংনা তাপ লোদুনা য়েংঙি। য়াম্না হরাউনা অঙাংগুম চোংদুনা] মসিদি ঐনি। মসিদি ঐনি। শোইত্রে ঐনি, মসি ঐগী কোটোনি।

নুপী. নত্তে, নঙ নত্তে। মসি নঙ স্তুংনৎ নৎত্তে।

নুপা : মসিবো?

নুপী : অং।

নুপা : করম্না?

নুপী . করম্না ওইরিবা?

নুপা : [অঙাং মচাগুম।] যাম্নি, তো যাম্নি। মসিগা ঐগা কৈস্থ খেয়দে। মসি ঐনি, ঐনি জে:।

নূপী ঃ [ কোটো কথ লাউমা মূরলগা ] নত্তে। মঙগী কোটো মত্তে অসি রঙ্গ্‌ মুংনথ নত্তে। মসিদা নৈরিবা নক্ক অমিগা নভী রূপক্তা কৈস্ত্র মায়দে। য়ায়া থেরৈ। ঐ মিৎ তাঅ্রি।

নূপা ঃ সিদদি নঙ অসি য়াম্না আর্টিফিসিয়েল ওইক্রে।

নূপী ঃ সিদদি নঙ অসি য়াম্না হিপোক্রিটিকেল ওইক্রে।

নূপা ঃ হোই হৌজিক কালসিদি মীথিংসি হিপোক্রিটিকেল য়াম্না ওইনথক্লক্রে।

নূপী ঃ চুমী। হৌজিক কালসিদি মীশিংমি আর্টিফিসিয়েল য়াম্না ওইনথক্লক্রে।

নূপা : কৈ, অচুমি।

[কোটকী মূরিথখাউজনী কোঁটো কোপী অমা কৎ লৌথোক্লগা নূপীদুদা পী]

সে।

[ মতমসিদা নূপীদুনা মানা পুখোক্লকপা কোটোদু অদুম য়েংদুনা লৈ ; নূপীদুনা হায়ব্রিবদু থৌশাক্লদে।]

সে!

[ নূপী তাদে। ]

[ য়ায়া হোনা লাউথক্লকই ] সে।

[ নূপীদুনা থো ইশা শাদনা কোটোদু নূপাদুগী লোক্লগা য়েংলনা পায়থিজ্লগা মাগী হাক্লগী কোটোদু য়েংদুনা লৈ। ]

[ শাউনা ] মদু য়েংঙু, নঙ মানবা য়েংঙু।

নূপী ঃ কনাগীনো ?

নূপা ঃ ঐগা লৈমিন্নরবা নূপীদুগী কোটো। নঙনা মদু মানবা য়েংঙু।

নূপী ঃ [ তাব ইতা তাদবা ] কনিরো।

মুপা : (শাউনা) ফোটো!

মুপী : (য়েংঙি, অদুদগী হরাওনা) হৈমা সিদি ঐগী ফোটোনি। নঙদি কদাইদগী লৌরুই সিদি? ঐগী ফোটোসিদি কদাইদগী লৌরুবনো?

মুপা : (ঙক্লা) সিবু নঙগী ফোটো?

মুপী : অং ঐগী ফোটোনি।

মুপা : (মুপীত্তুনা য়েংলিবা ফোটো অদু খংমুন মুনলগা) মসি নঙগী ফোটো নত্তে, নঙগী নশক্কা মসিগা শুকমান মান্নদে।

মুপী : ঐগী মিত্তুদি কৈস্নু খেন্নদে। চপ মান্নে।

মুপা : হৌজিক্তি নঙ পূকচেল য়াম্না শেংঙ্রে।

মুপী : হৌজিক্তি নঙ য়াম্না মিশাঙ্গ্রোপিক ওইরে।

মুপা : হোয়. হৌজিক্তি মীশিংসি পূকচেল য়াম্না শেংনদ্রে।

মুপী : হোয়, হৌজিক্তি মীশিংসি য়াম্না মিশাঙ্গ্রোপিক ওইনুরে। [তুমিন লৈ]

মুপা : কদাইদা লানগ্রে?
মুপী : কদাইদা লানগ্রে?
মুপা : কদাইদা লানগ্রে?

(অনীমক অমগা অমগা য়েংনৈ, অদুদগী মানা পায়রিবা ফোটোদা য়েংনা য়েংনা ঙাঙনৈ)

মুপী :
মুপা : } অমদি শোযদনা লানলে।

মুপা : শোয়দ্রে লাল্লে। মসি লাল্লে।

মুপী : মসি লাল্লে।
মুপা : মসি লাল্লে।
মুপী : মসি লাল্লে।
মুপা : কদাইদনো?
মুপী : কদাইদনো?
মুপা : লাল্লিবসি কদাইদনো?
মুপী : লাল্লিয়সি কদাইদনো?

(মসি ঙাঙলিঙৈদা নুপাগা নুপীগা থৈনা থৈনহুনা চৎনৈ। ঙৈহাক অমুম্না চৎনরবা মতুংদা নুপাত্তুনা ডাউন ষ্টেজগী য়েংতা অদুগা নুপীত্তুনা ডাউন ষ্টেজগী

নুপা : মিৎনরা ?
নুপী : পোৎনরা ?
নুপা : মিৎনরা ?
নুপী : মিৎনরা ?
নুপা : পোৎনরা ?
নুপী : পোৎনরা ?
নুপা : পোৎনরা ?
নুপী : অমদি লাল্লে।
নুপা : অমদি লাল্লে।
নুপী : অমদি লাল্লে।
নুপা . অমদি লাল্লে।

ওয়দা চৎথোক্লরগা ভাবোক-লোমদা থোরক্লগা খুউ খূদক কুন্দুনা মুক্রম মুরুম শোন্না তৌকম খঙদবা উৎতুনা মরু লুকথৈ।)

নুপী : } তৌরিবা পুন্নমক অসিদা অরানবা অমদি য়াওরে।
নুপা :
নুপী : (মঙক নোমতুনা) শোয়ল্লে।
নুপা : (হোৌগৎতুনা) মিৎনা লাম্নিংঙাই য়াম্না লৈখ্রে। মিৎনা য়াম্না লানখ্রে। মিৎনা লানবদগী পৃথিবি অসিদা জাৎ জাৎ তোখ্রে। মীবু মী ওইনা উখিদ্রে। অঙৌবনি, অঙাঙ-বনি, অশংবনি, অমুবনি হায়না হেক পোকপদগী উরক্লিবা মচু অসি তশেংবা অঙৌবা, অঙাঙবা, তশেংবা অমুবা অদুরা চিংননীংঙাইনি। পৃথিবিদা লৈরিবা মী পুন্নমক্লা লাননা উবা ওইরম্লবদি করম তৌনি।
নুপী : ঙসি কাওবদা ঐখোয়না পোকপদগী উরক্লিবা অমুবা অসি অমুবা নত্তে, অঙাঙবনি হায়না কনানস্থ য়াকৎনব্রি। অদুগা ঐখোয়না পোকপদগী উরক্লিবা অমুবসিবু অঙাঙবা ওইনা উবা য়াওরক্লবস্থ উরক্লিবা মহাক্লা লানবা ওইগদ্রা, মাগা মাম্মদনা উরিবা ঐখোয়না লানগদ্রা? মসিবু কনানা বিচার তৌবিগদৌরিবনো?

নুপা : খঙত্রে, খঙত্রে, খঙত্রে—
অওইবা অশেংবা
তশেং তশেংবদুদি
খঙবা ঙল্লরোই।
ঙল্লরোই ঙল্লরোই ঙল্লরোই
খঙবা শুংখঙ খঙলরোই।
খঙবা হায়বসি ওইথোক্কবা পোৎনি।
[ দারিদা চেনশিন্দুনা দারিদা লেপখৎলুনা মখুৎ খুদুম শিংলুনা ]
অদু ওইরবসু
ঐ হিংলি
ঐ লৈরি।
মসিদি ঐ খঙলি
মসিমদি তশেংবনি।
নুপী : নঙ হিংলি?
নঙ লৈরি?
করম্না হায়গদৌরিবনো নঙ হিংলি হায়না?
নঙনা হিংবগী খুদম করিনো ?
লৈবগী খুদম করিনো?
নঙনা ওইরিবা নঙগী খুদম করিনো?
ঐবু নঙনা খঙত্রে
নঙবু ঐনা খঙত্রে
মহৈ মহৈ অমনা অমবু খঙনদ্রবদা
হিংবগী খুদম করিনো?
লৈবগী খুদম করিনো?
নুপা : অমা খঙদে, অমা খঙদে
ঐ হিংলি, ঐ লৈরি

ঐগী ধবাক্তা লেপ্তনা স্বর হোল্লি
খুদাংদা মিহুন কায়দনা হুল্লি।

[ মুপীহু ইমুংদা ফৎ চঙখি ]

( মুপীদা ) কদাইদনো ঙাইখো।

[ মুপাদুনা হায়জরিবহু, মুপীদুনা খোঙ মন্নুংদা তাদনা চঙখি, থুনা অমুক মুপীহু খোরকই; দারিদা লেপ্লগা ফি ময়োম অমা মুপাদুগী মখাঙুদা লংখরকই ]

নুপী : ( খুদোনবী থিন্দুনা ) খঙব্রা য়েংঙু।

(মুপাহু ময়োম অহু কাক্তোক শেক্তোক্তুনা য়েংঙি)

নুপা : ( হরাউনা ) খঙঙি, মসি ঐনা লিৎলম্বা কোটতুনি; ( কোট, খোংগ্রাউনচিংবহু অমমমতা পায়খৎতুনা ) মসিমসু ঐনা উপ্লম্বা খোঙগ্রাউহুমক্লি। শোয়ব্রে, লোইনমক মাল্লি, চুম্লরে। অমতা শোয়নদ্রে। ( মুপীদুদা ) ইমুংদা অমুক্তা চঙদুনা ফিরোলসি শেৎচিল্লুবা য়াগদ্রা?

মুপী : ইমুংদা চঙবদি শুংস্না য়ারোই। ফিশিং অসি শেৎচিনগে হায়রবসু মকম অসিদা শেৎচিনবা তাই। ইমুংদা চঙবগী বাদি শুংয়া য়াদে। লোইগদবা খজিক্তা মঙায়রে। পুমলোই লোইরগনি।

[ ত্রিয়েংগুলারগী মরুমদা মুপাহু থুনা চঙশিন্দুনা খোংগ্রাউ অমদি কোটতু উপশিন লিৎশিনলগা য়াম্লা হরাউনা মোমোন নোক্লা খোরকই অদুগা মুপীদুনা মুপানা শেৎলিবা ফিরোলদুদা ঙক্লা য়েংদুনা তুমিন লৈ। মুপাহু মশাদা শেৎলিবদুদা য়েংথৈ। ]

[ কোট অমদি খোংগ্রাউহু য়াম্লা কা হেন্না চাউরম্বা ইকোম কোম্বহু থেংনৈ ]

মুপা : [ ঙক্সা ] লোইনা ইকোম কোম্নবা। অমতন্ন চান্নবা। ঐনা শেৎলম্বা ফুরিৎ খোংগ্রাউ লোইনা চাউখোন্নম্নবা অদুগা ঐনা পীকশিনগ্রবা। ঐ পীকশনগ্লে, ঐ পীশক পীকশনগ্রে; ঐগী ইফি ইরোল পুম্নমক ইচাউ চাউখোকলম্লে। ইচাউ চাউখোক্লম্লে। মসিবু ওইখোকপা য়াব্রনে? ওইখোকপা য়াব্রনে? নত্তে, নত্তে, মসি ওইখোকপা য়াবা নত্তে, মসি ওইখোক্তে, মসিদি মঙদদা খোক্‌দবনি।

ঐগী শেৎনবা ইফি ইরোল লৈব্রমদ্রে

ঐগী ইফিজেৎ। ঐগী ইফিজেৎ।

[ শোকথৈ ]

মুপী : [ খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা দারিদা কাখৎগ্রগা দারি মথক্তা লেপ্তনা খুদোনবি থিন্দুনা ]

হৌজিক পুমলোই লোইরে, চৎথনীংঙাই লৈত্রে।

ঐ নঙবু খঙদ্রে।

নঙগী হিংবগী খুদম লৈত্রে।

[ মুপীদু খোঙ হাংদোক্লুনা খোঙ মনুংদা চঙখি ]

[ফনা কুইনা তুমিন্না লৈ।]

মুপা : লোইরে, লোইরে শান্নবা পুমলোই লোইরে

পুম্নমক পুম্নলোই লোইরে

মখা অমুক ভানীংঙাই লৈত্রে।

ঐগী হিংবগী খুদম করিনো?

ঐগী হিংবগী খুদম।

ঐগী হিংবগী খুদম মাঙগ্রে

ঐবু ইশক খঙবিদ্রে

পৃথি অসিদা শক তাকচবা ঙম্নদ্রে

ঐগী লৈকম লৈত্রে।

ইয়ুমদা হনলকপদা
ঐগী ইয়ুমদা লৈরবা
মুপীনা ঐবু শকথঙবিত্রে
ঐবু তরাম তরাম ওকপিত্রে
ইয়ুম কাওবদা ঐবু চঙহনবিত্রে ;
ঐ মাঙত্রে, ঐ মাঙত্রে
ঐ নত্তবা অমা ওহোকত্রে।
কনানসু ঐবু শকথঙবিত্রে।
ঐ মীতোপনি, মীতোপ।

[ তুমিন লৈ। ]

নত্তে, নত্তে, নত্তে
মসি য়াদে মসি য়াদে
সুংরা য়াদে
ঐদি ঐ ওইগদবনি
ঐ কনাসু ওনবা ঙমলোই
ঐদি ঐ ওইগনি।
ঐগী খোঙগ্রাউ ঐগী কোট
চাউখোক্তে, চাউখোক্তে, কৈসু চাউখোক্তে ;
ঐসু পীকশন্দে, ঐসু পীকশন্দে, পীকশন্দে।
ঐগী খোংগ্রাউ, ঐগী কোট
য়াদে য়াদে চাউখোকপা য়াদে।
মসি ভাবনি, মসি ভাবনি
মসি অশেংবা নত্তে অশেংবা নত্তে
মসি মিৎননি,
মিৎননি, মিৎননি, মিৎননি।
ওইরিবা ক্বিভম অসি লাল্লি
ক্বিভম অসি চুমদে
ক্বিভম অসি য়াদে

মসি য়াদে, মসি য়াদে।

[ মশা মউ প্রোক প্রোক থেক্লা মুংদা লাম্হেং-
নবহু মপান্দা কোংডোরকই ]

[ ইংথনা ]

অহুবু,
ফিভম অসিদা
ঐবু ইশক খঙবিবা
কনাস্থ লৈত্রে,
ঐগী অশেংবা ফিভমসি খঙবিবা
কনাস্থ লৈত্রে।
হৌজিক্তি ইতোমতা ঙায়রে
ইতোমতা,
মকম অসিদা কনাস্থ লৈত্রে
হাঙলবা জগই অসিদা
কনাস্থ লৈত্রে
ঐ নত্তনা।
ফিভম অসিদা ঐহাক নাইতোম তারে।

[ তুামন্না লৈ ]

অহুবু
সিদা অস্নুমক লোইরগত্রা ?
ফিভম অসিদা লোইবা চুমদে
মসিদা লোইবা য়ারোই।
সুংয়া য়ারোই।
মথা চথখিনি
চৎকদবা লম্বীসি য়াম্না শাংলি
মসিদা লোইবা য়ারোই
য়ারোই য়ারোই।

( মশা মসুংদা কম্না লালথেংনবদগী মশা
চোকথরক্তুনা তপ্না তপ্না মথোঙ মখুৎ শৎ
তিংথোক্তুনা লোংনা তপ্না তপ্না হাইথখি।)

স্কৃন হাইজিনলকই।

## বা খরা

শ্রীশ্যাম শর্ম্মনা তাং ৪।৫।৭২ ইংদা পুথোকখিবা লীলাগী ষ্টেজ ডিজাইনগা খরা খেন্নবা অনম্বা অসিদা পুথোকচরে। শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী লীলাদা অপষ্টেজগী ময়ায়দা অদুগা ডাউনষ্টেজগী ওয় য়েৎতা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী অলটার অমমম শাদুনা থম্লগা লীলা শায়ে। মদুগী মহুত্তা ঐনা লীলা অসি মোংফমগী লৈতোং অহুম শেন্নগা লীলা অসি শায়ে। করিগীনো হায়রবদি মুন্নরিবা মফম অসি মোংফম ওইহনবসি ঐনা পামজে অদুননি। শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী লীলা য়েংবিখিবা ভাবোক্লা চমন্ন-বীদনবা শেংদোকচরি। লীলা অসি অহানবা ওইন ইবা লীলাগা শান্নখিবা অমদি অনম্বা লীলা অসিগা খরা খেন্নে। শান্নবদা মুংঙাইনবা শ্রীশ্যাম শর্ম্মা অমসুং শ্রীলোকেন্দ্র সিংহ অনীগা তান্নদুনা খরা ককথোক ককশিন তৌখ্রে। মসিমক্লা লীলাগী মপুংদা অহোংবা অমা ওইহনবদি নত্তে। চুম্নতগী শাংলম্বদগী তেনশিনবা শৈরেংগী মথঙ মনাও খরা হোংদোকপদনি। অদুগা পুথোকখিবা লীলাদা শ্রীশ্যাম শর্ম্মদা ডিরেক্সনগী নীংতম্বা পীদুনা মাগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অমা পুথোকখি। ডিরেক্তরগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অদুগা ঐগী কবিতাগী কল্পনাগা কা হেন্না চানদবদি ওইখিদে। ভাবোক্লা মখল মখলদা অর্থদুম হন্নখি।

শ্রীবীরেন

তাং ৪।৫।৭২ ইং শগোলশেল মুমিত্তা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমী, ইম্ফালদা রূপ রাগিনা শাম্নখি।

ডিরেক্টর—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা

অহানবা মী—শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ

অনীশুবা মী—শ্রীলালা শর্ম্মা

## লীলাদা চঙবা মী

১বা মী : অকক্লবা চহী লৈতে। মমায়দু ক্ল্যাটনি, এক্সপ্রেশন য়াওদে। মপুক্লিং মনুংদা খল্লিবা ৱাখল অদু মমায়দা মমি শুংতা তাহল্লোই।

২বা মী : অকক্লবা চহী লৈতে। অকক্লবা শাবান লৈতে। মমায়দু য়াম্না সেন্সিতিভ ওইবা মায়তানি, মপুক্লিং মনুংদা খল্লিবা ৱাখল অদু মমায়দা হেক হেক ফোঙদোরকই। য়াম্না তোয়না হোংবা নাই।

য়েংবিগদবা : মী অনী অসি মী অমতনি হায়না লৌবা য়ায়; অদুবু খেন্নবদি লৈ। খেন্নবদি অমনা গ্রিশ তৈরবা ফিনি, অতোপ্পনা মচু শংদ্রিবা অঙৌবা মচুগী ফিনি। মী অনী অসি শাগদবা এক্তরশিং খনবদা মখল অনীদা হোৎনবা য়ায়। অহানবদা, শাবান মাম্নবা কুচু মাম্নব', য়ারবদি মশক ফাওবা মাম্নবা মী অনীনা শাবা য়ায়। নত্রগা; অনীশুবদা, য়াম্না শাথীনা খেন্নবা মী অনীনা শাবা য়ায়। অহানবা মী অসি য়াম্না পীকপা মশা য়াম্না কত্তবা মীনা শারগা, অনীশুবা মী অসিনা য়াম্না ৱাং চাউবা, মশা মউ য়াম্না ফবা মীনা শাবা য়ায়। অসুম্না তোগে হায়রবদি মী অনী অসি অদুকী মতিক খেন্নরগা অদুকী মতিক ফজবা হেনগনি নীংঙি।

# লীলা পুথোকপগী মওং

লীলা পুথোকপগী মওংদি ডিরেক্তরদা শিন্নরি। অহুমকপু লীলা ইবগী মুংগী মিৎনা উবা কবিতাগী কল্পনাগা ডিরেক্তরগী মুংগী মিৎনা উবা কবিতাগী কল্পনাগা উনরুবা ওন্নবা লীলা অসি পুথোক্লবা লম্বী অনীথক্তুং য়াৎলি। অহানবদা, চুন্নগী অয়ুক মুংথিল থেংনরিবা মীয়াম অসিদগী কা হেক্তিন্না মঙ-হাগী ফল পীবা ফেণ্টাসিগী শরুক য়াম্না য়াওনা খ্বাইগী মী অসি মান্দবা কা হেক্তিনবা মেকঅপ তৌদুনা মীসু খরা মানবা মানসু মান্দবা মওংদা সররিয়েলিজমদা পুথোকপা য়ায়। অনীশুবদা, মুংগী পুল্লি অদু পুথোক্লবা লাক্লদুনা ফেণ্টাসিগী শরুক য়াওহন্দনা সাইকোলোজিকেল ওইনা রিয়েলিজমদা শান্নবসু য়ায়।

ঐনা লীলা পুথোকপগী লম্বী অনী অসি য়াৎচরবসু লীলা অসিবু ডিরেক্সন পীবিগদবা ইবুংঙো ইবেম্মনা পাম্বীবা হেন্না ফজগদবা মওং কংবিনবা ১দি মুংগী জগৎ অদুবু য়েনা চঙশিনবা ওন্নবা হোৎনবিনবা নীংতম্বা পুম্বা পীজরি।

মকম—মোংকম। মতম—অকক্লবা মতম লৈতে।

ইহাঙ হাঙবা চাউরবা ষ্টেজনি, ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবা য়েৎথংবদা মোংকমগী তোংখৎপা লৈতোং অনী লৈ। অপষ্টেজগী ময়ায়দা মোংকমগী তোংখৎপা লৈতোং অমা লৈ। ডাউনষ্টেজগী লৈতোংনা বাংবা চাউবা হেল্লি। অতৈদি পুম্নমক ইহাঙ হাঙডি।

স্কৃন হাইদোরকপদা ষ্টেজ মনুং অসি পুমম মম্মী। অপষ্টেজগী ময়ায়দা লৈরিবা লৈতোংদা অনীশুবা মী শিন্নুনা লৈবদু উনবা পীক্লবা মৈ অমম্বা কাপ্পী। অনীশুবা মীগী মখোঙ মপাদা অহানবা মীনা খুরমন্নুনা লৈ; অহানবা মীনা বা ঙাঙবা হৌবদা মৈ তপ্পা তপ্পা ঙানখৎলক্কনি।

১বা মী : [হৌগৎলক্লগা মখুৎ থাংগৎতুনা]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[নাকন অমদা চৎলগা অমুক মখুৎ থাংগৎতুনা]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[অমুক নাকন অমদা চৎখোক্লগা ফিগাও শান্নুনা]

হে থবায় মঙামক

মিগা থানা তরুকমক

কু কু কু কু কু

হে থবায় মঙামক

মিগা থানা তরুকমক

হল্লকখো ও হল্লকখো

হল্লকখো ও হল্লকখো।

[তুমিন লৈ।]

অঙুম্না হায়নীংঙাই লৈতনা চয়েৎনরিবা মরক অসিদা অমুক্তা হেন্না চয়েৎনবন্দুনা করিস্থ লৈত্রবা সূন্যগী লমদমসিদা ঐনা করিগুম্বা থন্না শকপান্নবা কন্না হোৎনরি। অশিবসি হিংগৎ-লকখিনি হায়না কন্না থাজরি। অদুবু মসিদি

সূন্যনি সূন্যনি

মসিদি সূন্যনি সূন্য।

সূন্যনি সূন্যনি মকম পুন্নমক্তা সূন্যনি।

[ মপুক্লিং সুংশিনা ]

হিংগৎলকখো য়াদ্রে, চৎপ্রে হল্লকখো য়াদ্রে। লৈরক্লবা মতমসিদা লৈরমদ্রে।

[ অনীশুবা মীদা চঙশিন্দুনা মখুৎ থান্জৎতুনা ]

নঙ শিখিবা য়াদ্রি
নঙ শিখিবা য়াদ্রি
নঙ শিখিবা য়াদ্রি
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[ ঘোর হন্থনা মপুক্লিং সুংশিনা ]

নঙ য়াদ্রেদনা। হিংগৎলকত্রে হায়বা। নঙ হিংগৎলকউ হায়বা য়াদ্রে হায়বা। নঙ হিংগৎলকউ হায়বা য়াদ্রে। নঙনা তৌরিসিনদি নঙ হিংগৎলক্লরোই হায়রেনে।

[ শাউনা কোইচৎ চৎতুনা ] করে, করে। [হন্থরক্তুনা] কাগি নত্তে, নঙ অমুক্তা হিংগৎলকখো কৈদৌবগে।_ (হায়জ নোঙ-তুনা ) ঐ নঙোন্দা লানপ্রে, ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু, নঙ হিংগৎ-লকখো ; ঐখোয় অনী হায়ঙুম মরুপ অমুক্তা ওইমিন্নখিসি,

হায়গুম তিন্নখিসি, (য়ারৌনা) য়াত্রেনে য়াত্রে হায়বা। ঐ নঙোন্দা অমুক হন্না হায়রেয়োই হায়রিবসিনা অরোইবনি। (নৌথহুনা) চুম্মী, চুম্মী চুম্মীদা। নঙনা হায়রিবহু অচুম্বনি। নঙবু ঐনা হাৎতোক্ল রুবা মতুং অসিদদি ঐ য়াম্না মুংঙাইরক্লে। হৌজিক্তি ইতোমতা ঙায়রে; য়ারী শাকম লৈত্রে, লৈমিন্নবা মী লৈত্রে; চামিন থকমিন্নবা, নোকমিন্ন-নবা, কমমিন্নবা মী অমত্তা লৈত্রে; ইতোমতা মঙাইরে। হৌজিক্তি কা অসি অকিবা কংনা চাউথোরক্লে, ইবান্নি লৈমিন্নরিঙৈ, লৈমিন্নবা মী য়াম্না লৈরিঙৈদদি কা অসি পীশক পীশক পীক্লম্মী। নঙনা চৎখিহুনা ইতোমতা ঙায়রকালসিদা কা অসি অস্নুম অস্নুম পংচাউদা চাউ-থোরক্লে। হৌজিক্তি চাউবনা মতামা তৌরে। অকিবা কংনা চাউথোরক্লে। ইতোমতা ঙায়রবা মতমসিদদি ঐ য়াম্না কিরে। কিবনা স্বর চাউনা হোনবা ঙমদ্রে। ইতোমতা ঙায়বগী কিবা, নাইতোম তাবগী কিবা, মঙলম্বা মঙ কায়থরকপগী কিবা। অকিবনা ইকোয় কোয়শিনগ্রে। অকিবনা পীক থনগ্রে।

[ মৈ মমখি। ডাউন স্টেজগী য়েৎ থংবদা লৈতোং মথক্তা অনীশুবা মী লেপখৎলি, মখোয় অনীনা পুম্না নোক্লকপা মতমদা মৈ ঙাহোয়কই ]

২ বা মী }
১ বা মী } (নোকমিন্নৈ)

২বা মী : মখোয়না অহুমহু হায়রিবোইরেকো। ( নোকই )

১বা মী : হায়রিবনি। হৌজিক্তি মখোয় লোইনা তাম্হোকপিরে ঐখোয় অনী চঙহুনা। লম অসি, কা অসি ঐখোয় অনীগীতা ওইহোরে।

২বা মী : ঐখোয় অনীগী! ঐখোয় অনীগীতা ওইহোরে।

১বা মী : ( হরাওনা ) হৌজিক্তি ঐখোয় অনীনা পাম্বা মওংদা শেম্বা য়ারে।

২ বা মী : (হয়াওনা) শেম্মসি।

১ বা মী : শেম্মসি শেম্মসি।

২ বা মী : শেম্মসি শেম্মসি।

১ বা মী : মুংঙাইরে, মুংঙাইরে।

২ বা মী : মুংঙাইরে, মুংঙাইরে।

[অনীমক লৈতোংদগী কুমথরক্লগা চোং চোংদুনা হয়াউনা জগোই শাই]

১ বা মী }
২ বা মী } (জগোই শানা শানা) খুয়া তুশিৎলে, খুযা তুশিৎলে খুয়া তুশিৎলে।

[ঙৈহাক জ্ঞান মেন তাদনা জগোই শারক্লগা ৱারদুনা মাগী মাগী লৈতোংদা চঙশিন্দুনা ফমখি।]

২বা মী : মখোয়না য়েৎপদো য়েৎখ্রেদা।

১বা মী : য়েৎখ্রে। ওম্বোক্লা য়েৎখ্রে। করিমত্তা হেক তৌবা য়াদবনি। হা কৈগা কত্তেগা, করিগী তৌগদৌরিবনো, করিগী তৌরোইদৌরিবনো, য়াইগা য়াদেগা, তৌফম থোকইগা থোকতেগা মথৌমক হেক ওইবমখৈ য়েৎপনি।

২বা মী : মথৌমক হেক ওইবমখৈ য়েৎপনি। মদুগী খল্লুরবদি মখোয়দা ঐখোয়না তৌখিবদুতনা পেন্দে।

১বা মী : পেন্দে, পেন্দে।

২বা মী : মখোয়সু চৎলোইদবগী ওথাক হোৎনৈ।

১বা মী : হোৎনৈ ওথাক হোৎনৈ। ঐখোয় অনীবু তাম্বোক্লবা মখোয়সু ঙম্বমখৈ হোৎনবনি। ঐখোয়সু অরোইবা ওইনা ঙাকথোক্লবা লাম্বেংনবনি।

২বা মী : ঐখোইসু অরোইবা ওইনা হোৎনবনি। মখোয়না ঐখোয়বু অমুক মী নত্তে, মীনা চৎকদবা লমচৎ নত্তেগা হায়রিপোৎনি।

১বা মী : মখোয়না ঐখোয়বু অমুক মী নত্তে, মীনা চৎকদবা লমচৎ নত্তেকা হায়রিপোৎনি।

২বা মী : হায়রিপোৎনি। হাযনীংবমখৈ হায়জৌ হায়রিবসিনি।

১বা মী : [খংশাউ শাউদুনা] ঐখোয়সি মী নত্রবদি মপা কনানো মী ওইরিদি?

২বা মী . [ ফম্বা ] ঐখোয়না মখোয়দা তৌথ্রিবদু পংখুং মুংঙাইবা পোৎপুদি নত্তে। ঐখোয়সু পংক ফবা নত্তজাৎনিদা।

১বা মী : ( শাউনা ) করিগী ফৎলোইদৌরিবনো? ঐখোয় অনীনা রানা শাগৎচরবা ইয়ুম অসি মখোয়না ইরাই লাইনা মরক্তা লাক্লগা মখোয়গী ওইরগে, ঐখোয় অনীবু হেক্তা তাম্ভোকে হায়রবদি ঐখোয়সু ঐখোয়না ঙম্বা তৌবা ময়েক্লা তাবনি। ঐখোয় য়াম্না ফরিবনি, ঐখোয় ফত্তে লাক্কেগা হায়বা য়াবা নত্তে, য়াম্না ফরিপোৎনি। মসি ঐখোয়গীনি ঐখোয়গী। ঐখোয়না তৌরিবসি মীগী চপ চাবা মওংনি। ঐখোয়সে মীনি।

২বা মী ঃ খঙব্রেনে মীওইবগী মতৌনা কমদৌবা!

১বা মী : কৈস্নু তৌদে ; ঐখোয়না তৌরিবস্নুমহায়না তৌই। মাই-থীরকালদা ঙমথ্রিবা কাংবুদুগী দোষ পুথোক্তুনা চৈ থাংলগা মশাবু থেমজিনজবা ঙম্মী। কৈস্নু খন্ননীংঙাই লৈতে। হৌজিক।

২বা মী : ঐনা খল্লিবদি ঐখোয়না মখোয়দা তৌখিবা মতৌদুনি।

১বা মী : (শাউনা) ঐখোয়না মখোয়দা তৌখিবা মতৌ। ঐখোয়না মখোয়দা কৈ তৌগ্রবা? কৈস্নু তৌখিদেনা। ( ঙাইহাক তুমিন লৈ ) মখোয়না ঐখোয়দা তৌথ্রিদুদি? কমদৌরবা মদুনা? কমদৌরবা? ( ঙাইহাক লেপ্পী ) অঙম তান্নবগী লানফমদা তৌরিবা পুন্নমক ফত্তবা অমতা নত্তে। মখোয়না ঐখোয়না ফুখিবদুস্নু অরোয়বা থুৎফুনি; ঐখোয়না মখোয়বু

ঙাকথোকখিবদুগু অরোয়বা চৈঙাকনি। (পোঙনা) অরোয়বদা ঐখোয়নীনা চম্বগী য়াদনি। হৌজিক্তি থয়মী'ঙাই য়াথল কৈস্নু অমতা লৈতে।

২ বা মী: হৌজিক্তি থয়নীংঙাই য়াথল কৈস্নু অমতা লৈতে।

১ বা মী: কৈস্নু অমতা লৈতে।

( ময়ায়দা থোরক্লুনা ভাবোক্তা )

মসুম্না হৌরকই ইবানিগী য়ায়ী। মফম অসিদা মী য়াম্না ঐখোয়গা লোইননা লৈমিয়রম্মী। মখোয পুম্নমক ময়ক্তা লাকপা মীমক্লনি। অতুদগী মফম অসিবু ঐখোয় ময়াম চঙডুনা মহৈ মহৈ মুয়খি। ঐখোয় অনীনা মখোয়না থঙদবা উপায় অমা শিজিন্নদুনা মখোয়বু তাম্থোকখি। যাম্না য়েৎনরবা, য়াম্না মুরুরবা তুংদা ঐখোয অনীনা মখোয়বু ঙমদুনা মখোয় মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখি। মসুম্না মফম অসি ইবানিগীতা ওইহৌই। ইবানিতা ঙায়রবা মতুংসিদা ইবানি তৎনা থানবা লৈতনা লৈমিন্নরকই। মসিনি মরূপ অনীগী য়ায়ী। য়ায়ী অসি লোইদ্রি। হৌজিক থয়নীংঙাই কৈস্নু অমতা লৈত্রে।। কৈস্নু অমতা লৈত্রে।

[ মৈ মমথখি ; ডাউন ষ্টেজগী লৈতোংদা চঙশিন্দুনা লৈতোংদা মখোয় অনীমক কাথৎতুনা লেপখৎলি, মৈ ঙাম্থোরকই। ]

২বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

১বা মী: থঙদে।

২বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

১বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

২বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

১বা মী: ঙসি শগোলশেক্লনি।

২বা মী: হেয়।

১বা মী : শগোলশেলনি।

২বা মী : হেরা !

১বা মী : ইরাই।

২বা মী : হেরা !

১বা মী : লৈবাকপোকপা।

২বা মী : হেরা !

১বা মী : থাংজ।

২বা মী : হেরা !

১বা মী : নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, মুমশকৈশ, শগোলশেল, ইরাই, থাংজ···।

২বা মী : নোংমাইজিংনি।

১বা মী : ইরাইনি।

২বা মী : নিংথৌকাবনি।

১বা মী: ঙসি করি মুমিৎনো?

২বা মী : ঙসি করি মুমিৎনো?

১বা মী : খঙদ্রে খঙদ্রে, কাউথোকপ্রে কাউথোকপ্রে?

২বা মী : খঙদ্রে খঙদ্রে, কাউথোকপ্রে, কাউথোকপ্রে।

১বা মী : কনাদা হংগনি?

২বা মী : কনাদা হংগনি? (অনীমক কমথৈ)

১বা মী : মী অমতা লৈতে।
মফম অসিদা মী অতৈ কনাসু লৈতে।

২বা মী: মী অমতা লৈতে
ঐখোয়গী অকোয়বদসু
মফমসিগী মপালদসু
মনুংদসু
অতোপ্পা মফমদসু
মী অমতা লৈতে

মী অমতা লৈতে।

১বা মী: করি মুমিৎতগী হৌনি?

২বা মী: করি মুমিৎতগী হৌনি?

১বা মী: করিদগী অমুক হৌগনি?

২বা মী: (খংহৌ হৌগৎতুনা) মসি ওইথোক্কবনি, মসি থাজবা য়াদে।

১বা মী: হৌজিক্তি ওইথোক্কবা ঙাক্কনি। থাজবা য়াদবা ঙাক্কনি। কৈস্থু অমতা লৈতে।

[ তুমিন্না থৈনা থৈনদুনা চৎলৈ। ]

১বা মী. মুংঙাইরব্রনে?

২বা মী: অশেংবমক মুংঙাইরব্রনে ঐখোয়বো?

১বা মী: মুংঙাইরব্রনে?

২বা মী: ঐখোয়না নীংতম্বা অদুক্তি য়ৌদে।

১বা মী:) য়ৌদে, য়ৌদে। ( চৎলি। )
২বা মী:)

২বা মী: ঐখোয়না খল্লম্মী মখোয় চৎপ্রগা ইবানিদা ঙায়রগা য়াম্না মুংঙাইগনি। মপা লৈতনা, হায়নীংঙাই লৈতনা মুংঙাই-গদবোই নীংঙম্মী।

১বা মী: মুংঙাইফম ইখঙ খঙদে।

২বা মী: ইমুং মুংঙাইতে। মুংঙাইবা ইয়ৌ য়ৌদে।

১বা মী: ইয়ৌ য়ৌদে। কৈস্থু লৈতে।

২বা মী: কমদৌসিগে? ( অনীমক মাগী মাগী লৈতোংদা ফম্মী )

১বা মী: কমদৌসিগে?

২বা মী: কমদৌসিগে?

১বা মী: কৈস্থু লৈতে। তৌনীংঙাই কৈস্থু লৈতে।

[ঙহাক তুমিন লৈ।]

২বা মী: ( হৌগৎলগা ) কৌরুরসিরা?

১বা মী: ( হৌগৎলগা ) কনাবো?

২বা মী: (চৎখৎতুনা) হৌখিবা মতম।

১বা মী: (চৎখৎতুনা) হৌখিবা মতম।

[ঙৈহাক লেপ্পী]

২বা মী: ঐখোয়বু মুংঙাইরকখিগদ্রা ?

১বা মী: ঐখোয়বু মুংঙাইরকখিগদ্রা ?

২বা মী: ঐখোয়বু মুংঙাইরকখিগদ্রা ?

১বা মী: ঐখোয়বু মুংঙাইরকখিগদ্রা ?

[তুমিন্না লৈ।]

[মৈ মমথখি। মৈ মমথরিঙৈদা ২বা মীনা লাউরকউ]

২বা মী: য়ারোই য়ারোই।

১বা মী: (য়াম্না কম্না) শুকয়া য়ারোই

২বা মী: (ঙক্ল) করি ?

১বা মী: নঙগা ঐগা লৈমিন্নবা য়ারোই। চৎপ্রো।

২বা মী: করিগী ?

১বা মী: করিস্থ তৌদে।

২বা মী: করিস্থ লৈতে।

১বা মী: মী করিস্থ লৈতে। [অপষ্টেজগী ময়ায়দা লৈরিবা মোংফম অচৌবদা চঙশিন্দুনা ভাবোক্তা মতুং ওস্থোকতুনা ফম্মী] নঙ ঐগী মফম অসিদা লৈবা য়াদ্রে। মফম অসি থাদোকতুনা চৎপ্রো চৎলো।

২বা মী: কনাগী মফম ?

১বা মী: ঐগী ইফম।

২বা মী: কনাগী ?

১বা মী: ঐগী।

২বা মী: নঙগী ?

১বা মী: অং।

২বা মী : নঙগী ?

১বা মী . (শাউনা) হোয়।

২বা মী : করম্না ?

১বা মী : খঙদে।

২বা মী : খঙদে ?

১বা মী : খঙদে। মফম অসিদি ঐগীনি।

২বা মী : ঐগীদি ?

১বা মী : খঙদে। নঙগীদি খঙদে, মফম অসিদি ঐনা ওইগদবনি।

২বা মী : [১বা মীদা চঙশিন্দুনা] মফম অসিবু ইবানিগী ওইরম্বদাই ? মফম অসিবু ইবানিগী নত্রনে ?

১বা মী : অং, ইবান্নিগীনি খল্লম্মী, হৌজিক্তি ঐগীতা ওইরে। নঙ ঐগী মফম অসি থাদোকপা তায়।

২বা মী : ঐসে নঙগী মরূপ অদুনি।

১বা মী : খঙঙি।

২বা মী : [চিংননা] অদুগা ...।

১বা মী : মফম অসিদি ইতোমতগী ওইদবা য়াদ্রে। নঙগী শরুক য়াওবা য়াদ্রে। নঙগী শরুক পীরম্লোই।

২বা মী : [কোইচৎ চৎতুনা] ইবানি চঙতুনা অতৈবু তাম্থোকপ্রগা ইবানি চঙতুনা শাগৎপ্রবা, ইশাগী ঈ মরিক মরিক চঙনা ইশাগী হুমাংমস্তনা শাগৎপ্রবা য়ুম অসিবু ঐগী শরুক পীরম্লোই ?

১বা মী : অং, পীরম্লোই।

২বা মী : অদুগা কৈদোদোরিবা ?

১বা মী : ব্রা য়াম্না ঙাঙনবগী কাম্নদে। নঙ চৎপ্রো। চৎলো।

২বা মী : করিগীনো ?

করিগীনো ?

করিগীনো ?

১বা মী: ঐ মুংঙাইবা মপুং ইকা কাদ্রে। মপুং কাগ্রিবসি নঙ য়াওবননি। ঐ মপুং কানা মুংঙাইনীংঙি। ইতোমতগী ওইদুনা, ইতোমতা লৈদুনা, ইতোমতা তৌনীংবতা তৌরগা ঐ মপুং কানা মুংঙাইগনি নীংঙি।

২বা মী: অশেংবা রারা?

১বা মী: মানি, অশেংবা রানি। ঐ মীগী মতেং দরকার ওইদ্রে। ঐ ইতোমতা হিংবা ঙমগনি, কনামতা য়াওদনা ইতোমতা লৈবা ঙম্নগনি। হৌজিক ঐ তৌনীংবতা তৌবা পাম্মী, ঐ কনাদস্থ করিগুম্বা অমা পীথোকপা পামদ্রে। পুম্নমক ঐগীতা ওইনীংঙি। ঐতগী ওইনীংঙি। নঙগী শরুক পীররোই। নঙগী শরুক য়াওদ্রে।

২বা মী: (১বা মীগী মমাঙদা কোইচৎ চৎতুনা) হিঃ হিঃ হিঃ (নোকই) তৌনরিবসি জগৎ অসিবু মচেৎ মচেৎ য়েন্ন-থোকপগী রানি। মপুস্থ পান্দবা চাউখ্রবা জগৎ অসি য়েন্নরি—ঐগী মচেৎ, মাগী মচেৎ নঙগী মচেৎ—মচেৎ, মচেৎ, মচেৎ—অকোনবদদি শিংকুপ শানা পুংতুম তুম্না অদুদগী হেক্তিনখ্রে হেক্তিনদে। অদুদগী খৎনবা। ফুনবা, হাৎনবা, তুরাতুখৈ হাৎনবা, মুপী অঙাং হমু হনা অশোন শোন্দা তক্না হাৎপা অদুদগী লাঞ্জাও! লাঞ্জাও! লাঞ্জাও।

১বা মী: নঙ অমুক হল্লক্লেনে।

২বা মী: (হরাওনা) অং।

(তুমিন লৈ)

১বা মী: নঙ চৎখ্রো; চৎলো।

২বা মী: (ঙক্না) ঐ চৎলো?

১বা মী: অং! চৎলো।

২বা মী: থাজখিদ্রেদা।

১বা মী: থাজো। নঙ থাজো।

(তুমিন লৈ)

২মা মী: ঐ চৎনীংদে।

১বা মী: নঙ চৎনীংঙু।

২বা মী: চৎনীংদে! ঐ চৎলোই। (কমজিল্লি)

১বা মী: চৎতবা য়ারোই।

২বা মী: চৎত্রবদি?

১বা মী: নঙ ঐঙোন্দা শীংনরিত্রা?

২বা মী: নঙদি?

১বা মী: নঙদি?

২বা মী: ঐনা চৎত্রবদি?

১বা মী: অদু ওইরবদি নঙ ঐনা হায়রবা ইনবা তাই।

২বা মী: ঐ নঙনা হায়বা ইনবা ঙমলোই।

[কম্না কম্না হন্দুনা চৎলি। অদুদগী হোৌগৎলকই।)

১বা মী: করিগী?

২বা মী: নঙদি শা ওল্লবনি। নকোক অদুনা লমহুই মকোক পাল্লে, নশা অদুনা হৌদোংগা কৈগা অনীনা য়াম্নবা শা মথল অমা ওনগ্রে। নরাইবক্তা শামুগঙা মচী অমা পানশিল্লে; নউন অদুনা ইথা থাগৎলক্লে, ইকন কনশিনগ্রে, নখুজিন অদু ইচাও চাওরে, নরৈ অদুনা হাহাহা তমলে। নঙ তশেংনমক শানি। লমশানি, লমশা।

১বা মী: (মমাই ওন্থোকরকই; মরাইবক্তা মচী অমা পাল্লম্মী। থাংশাং অমা পায়রদুনা য়াম্না ইংনা তপ্না) ঐহাক তাইবং অসিগী অনৌবা শকলোননি। নৌনা খুন্দারম্বা জীবনি ঐ। নঙসু ঐনা ওইরিবসি ওল্লু। ঙমগত্রা?

২বা মী: ঙমলোই।

১বা মী: মফম অসিদা ঐগা লৈমিন্নসি হান্নবদি নঙস্থ ঐনা ওল্লিবা অনৌবা জীব অসি ওনবা তাই।

২বা মী: ঐ শা ওনবা ঙমলোই!

১বা মী: ঙমলোই?

২বা মী: ঙমলোই।

১বা মী: ঙমলোই?

২বা মী: ঙমলোই।

১বা মী: [ইংনা] অহ ওইরগা নঙবু হাৎপা তারে। ঙসি নঙবু ঐনা হাৎলগনি। ঐনা ওইরিবসি নঙস্থ ওল্লু। নত্রগা মফম অসি থদোকতুনা চৎগ্রো, চৎলো। চৎলু য়াত্রবদি ঐনা পায়রিবা থাঙ অসিনা থিন্দুনা নঙ হাৎপা তারে। [২বা মীদা চঙশিল্লি।]

২বা মী: (চিংননা) নঙ ঐবু হাৎপা ঙমগত্রা? (হন্না চৎলি)

১বা মী: (ঙক্লা) কন্নিগী?

২বা মী: (ঙক্লা) কন্নিগী?

১বা মী: ঙমগনি, ঐ নঙবু হাৎপা ঙমগনি।

২বা মী: ঐ থাজদে।

১বা মী: নঙনা থাজদ্রবস্থ ঐ নঙবু হাৎকনি। ঐনা হান্নবা ইন্দ্রবদি নঙবু হাৎলগদবনি। অদুগা নঙস্থ ঐবু হাৎপা ঙমগনি।

২বা মী: ঐদি নঙবু হাৎপা ঙমগনি থাজদে।

১বা মী: নঙনা থাজদ্রবস্থ নঙস্থ ঐবু হাৎপা ঙমগনি।

২বা মী: ঙম্মোয়।

১বা মী: (ঙক্লা) কন্নিগী?

২বা মী: ঐ নঙবু মুংশি। ঐ নঙবু হাৎপা ঙম্মোই।

১বা মী: ঐস্থ নঙবু মুংশি। ঐনা নঙবু মুংশিবগা নঙনা মফমসিদা লৈবগা মরী লৈনদে। নঙ ঐনা ওইরিবসি ওনগেরা

নত্রপা মকম অসি থাদোক্নুনা চৎল্লিগেরা ?

১বা মী: ঐ চৎস্থ চৎলোই। নঙনা ওইল্লিন্নদুস্থ ওইরোই। মাগী মাগীদা অস্থম হিংনগদবনি। ঐস্থ ঐমা ওইল্লিরসি অস্থম মওইগে, নঙস্থ নঙনা ওইরিবদু অদুম মওইয়ু।

১বা মী: মদু য়ারোই। ( ২বা মীবু তানবা চঙশিল্লি, ২বা মীনা মতুং হন্দুনা চৎলি অস্থম অস্থম তানশিল্লি।)

২বা মী: করিগী ?

১বা মী: কৈস্থ তৌদে।

২বা মী: কৈস্থ তৌদে ?

১বা মী: কৈস্থ লৈতে।

২বা মী: মাগী মাগীদা হেক্সিন্নদনা হিংগদবনি।

[স্টেজগী মতাইদা নপশিন্দুনা থাঙণ্ডি।]

১বা মী: মদু য়াদে। নিয়ম কায়।

২বা মী: (ঙক্লা) করি ?

১বা মী: পুন্সিগী নিয়ম কায় মদু।

২বা মী: ঐ ঙমলোই। য়াবা ঙমলোই।

১বা. মী: য়াগদবনি। য়াগদবনি। য়ানবা অমা চঙণ্ডি।

২বা মী: ( মথায় য়াম্না মুংঙাইতনা ) নঙনা অস্থম্না হায়রকনি হায়বসি শুকথা থাজদে।

১বা মী: মকম অনিদা থাজনীংঙাই কৈস্থ লৈতে। জগৎ অনিদা থাজনীংঙাই কৈমত্তা লৈতে। পুন্নমক ওইথোকপা ঙাক্কনি, পুন্নমক ওইথোক্কবা ঙাক্কনি। থাজনীংঙাই কৈস্থ লৈতে।

( মাইথী লাই তোংবগুম মশা নীক্লা অথাগী বাহৈশিংসি মরী মরী শন্ননা শুংলেপ লেপ্তনা স্বর হোন্দনমখৈ খীদগনি।)

নোংপোকলোমতপীতা মুমিৎ থোকলিবা নোংচুপ-লোমদা মুমিৎ তারিবা ইংথমথাদদা ইংলিবা ওল্লাংথাদদা ওল্লাংলিবা নোংজুথাদা নোং তারিবা নোং য়াম্না তারগা ঈশিং চাউরিবা ঈশিংনা মহী লাঙলিবা মৈনা শাদ্রিবা মুংশিৎনা মশক উদ্রিবা মুমিদাংদা থা থবানমিচাক থোকলিবা মুমিৎ তারগা মমলিবা মুমিৎ থোক্লগা ঙাল্লিবা মুংথিলদদা মুমিৎ থোকলিবা ঙাল্লিবা মীনা শানা স্বর হোল্লিবা অশিবনা স্বর হোন্দ্রিবা মী নারিবা মী শিরিবা মী হিংলিবা মীনা চৎলিবা মীনা মমিৎ অনী পাল্লিবা মীনা মখোঙ অনী পাল্লিবা যণনা মখোঙ মরি পাল্লিবা মীনা মখুৎ অনী পাল্লিবা শগোলনা মখুৎ পান্দ্রিবা মীনা মী ওইরিবা কৈনা কৈ ওইরিবা হৌদোংনা হৌদোং ওইরিবা যণনা যণ ওইরিবা হূইনা হূই ওইরিবা শামুনা মশা চাউরিবা তুমিৎনা পীশক পীকলিবা কৌজেংনা মকোয় পাল্লিবা ঙানা ঈশিংদা লৈরিবা মুপীনা অমোম্না মচা মীরোল্লিবা মুপানা লাবনা মচা মীরোন্দ্রিবা উ-রানা মশা মরেং পাল্লিবা উদা উহৈ পাল্লিবা লৈপালদা লৈ শাৎলিবা অঙাঙবা মচুনা ঙাঙলিবা অঙাঙবা মচুনা মুন্দ্রিবা অশংবা অচুনা শংলিবা নূংনা নূং ওইরিবা নূংনা মহী লাঙদ্রিবা কন্‌ কন লাউরিবা নাকোং-তনা তারিবা মিৎনা অমুক্তা তাদ্রিবা খুদোনবীনা নোংমতা বা অমফাওবা ঙাঙদ্রিবা ঐনা ঐ ওইরমলিবা নঙনা নঙ ওইরমলিবা নঙনা মফম অসিদা লৈরমলিবা ঐনা মফমসিদা লৈরমলিবা নঙনা মী ওইরমলিবা ঐনা মী ওইরমলিবা (২বা মী তাবা ঙমদনা মনাকোং কন্না মেনশিন্দুনা থাঙডি।) পুম্নমক অসি মরম চাবা অমতা লৈত্তে কৈস্নু অমতা মরম চাদে নঙনা নঙ ওইরমলিবা

নঙনা মফমসিদা লৈরমলিবা।

২বা মী : ( খাংবা ঙমদনা মনাকোং মেম্না মেম্না লাউবা ) ঙাইখো। ( ১বা মীনা তাদনা মানা ঙাঙগদবদু ঙাঙথৈ হেম্না কম্না লাউই ) ঙাইখো।

( তুমিন লৈ )

১বা মী : করিনো ?

২বা মী: খাঙবা ঙমদ্রে ।

খাঙবা ঙমদ্রে।

খাঙবা ঙমদ্রে।

১বা মী : নঙ চৎক্ৰো চৎলো।

২বা মী : নঙ শা ওনখিনু।

হায়গী তাইবংদা অমুক্তা হঞ্জিল্লকখো।

১বা মী : ঐ মী ওইরি।

২বা মী : নঙ মী ওইদ্রে ।

১বা মী: ঐ মী ওইরি।

২বা মী : নঙ মী ওইদ্রে ।

নঙ মী ওইদ্রে।

১বা মী : ( য়াম্না কম্না লাউই ) তুমিন লৈয়ু।

( তুমিন্না সেকেণ্ড ৩০ মুক লৈ )

নঙবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

২বা মী : ঐবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

১বা মী : নঙবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

২বা মী : ঐবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

১বা মী : নঙঙোন্দা হংলমত্রা ?

২বা মী : ঐঙোন্দা হংলমত্রা ?

১বা মী : নঙঙোন্দা হংলমত্রা ?

২বা মী : ঐঙোন্দা হংলমত্রা ?

১বা মী: কাম্নদে কাম্নদে ঐ নঙবু হাৎকনি।

২বা মী: (য়াম্না কিনা মখোল নোথদুনা) নঙ ঐবু হাৎকনু। নঙগা ঐগা চামিন্নখিবা থকমিন্নখিবা অদু অর্থ লৈতবা থোদোক্না? ইবানি নোকমিন্নবদা নঙনা নোকপগী ঈথক হৌরবা থম্মোযগা ঐনা নোকপগী ঈথক হৌরবা থম্মোয়গা তিন্নখিবা, নঙনা ঐঙোন্দা য়েংখিবা মদুদা ঐনা উখিবা নঙগী তরু তরুবা নমিৎ ঐনা নঙোন্দা য়েংবদা ঐঙোন্দা চঙখিবা নঙগী নশক ননাতোন নমিৎ পিশুম, নচিনবাল নখজাই পুন্নমক অদু ওইদবা ঙাক্করা? (রা অসি হায়রকপদা ১বা মীনা থোশাদনা অপষ্টেজ ময়ায়গী লৈতোং অচোবদা চঙদুনা কমথি।) ঐনা রাবদা নঙনা শরুক য়াখিবা, ইতেং পাংখিবা রামিন্নখিবা মুংঙাইমিন্নখিবা মিৎকুপ খুদিংগী নঙগী পুন্সিনা ঐঙোন্দা চঙখিবা পুন্সি অনীনা অমতা ওইশিনখিবা নঙগী খোজেম্না ঐঙোন্দা চঙলকপা নঙগী স্বরনা ঐখোন্দা চঙলকপা পুন্নমক অসি মশক উদে হায়দুনা ওইদবনি হেক্তা হায়বগেরা? হৌজিক্কী মতমদা মীগা মীগগী মরী হায়বা অমা লৈররোইদ্রা? নঙগা ঐগা উনবা খুদিংগী নঙগী মরমদা নীংশিংবদা খনবদা ঐঙোন্দা চঙখিবা নঙগী শরুক অসি নত্রনে মীগা মীগগী মরী হায়বসে। নঙনা হাযবা রাঙাঙদা নঙনা তৌবা কয়াদা কাউবা য়াদবা কয়া য়াউদ্রে। মাঙদ্রো হায়বা য়াররোইদবা কয়া। কাউবা য়াদ্রবা মন্নাম অসিগী মমল কয়া য়ামগ্রবা! মমল অদু লৈররোইদ্রা? নঙগা ঐগা নক্ননা কম্মিন্নবদা নঙনা স্বর হোনবগী শক্তম ঐনা কংখিবা নঙনা রা ঙাংলকপদা নোক্লকপদা নঙগী স্বর মনম নঙগী নখোজেন ঐগী মনুংগী মনুংদা চঙদ্রে, ঐগা অমতা ওইনা তিনুদ্রে। ঐনা নঙবু থাজবা নঙনা ঐবু থাজবা—মসি নত্রা

মীওইবগী ময়ল। পুন্সি হায়ববু মসি নত্রা ? পুন্সি হায়ববু তৌরিবসিনি। নঙগা ঐগা কপ্লিন্নখিবা চৎমিন্নখিবা, হিপমিন্নখিবা, নুংঙাইমিন্নখিবা, ইশা ইশাবু কাউথোকপমখৈ মঙহান্দা তাউথোক্লা নুংঙাইমিন্নখিবা পুন্নমক অদু নঙোন্দা বরিমতা লৈহৌদ্রব্রা ? ঐঙোন্দদি হৌজিক ক্ষাওবা হিংডুনা লৈরি।

( মতম অসিদা ১বা মীনা তুম্বগী নাখোল্লকই। )

পুন্নমক অসি অর্থ লৈতবা পোৎ ওইরগদ্রা ? ( নাখোকপা তারক্লুনা ) তারিব্রা ? নঙ, হায়রিবসি তারিব্রা ? (খুমদে) তারিব্রা ?

১বা মী ( থৌশাদনা ) করিবো ?

২বা মী ঐনা হায়খিবদো।

১বা মী নঙ করি হায়খ্রে ? তাহৌদ্রে করি হায়খ্রে ?

২বা মী অমুক হায়য়ুরা ?

১বা মী ( কমম্বদগী হৌগৎতুনা ) হং হায়রম্নু। অদুগী শরুক নঙ চৎনবা থৌরাং তৌরো।

২বা মী ঐদি চৎলোই হায়খ্রবনি।

১বা মী অদু ওইরগা নঙ শিনবা থৌরাং তৌরো।

২বা মী ঐবু হাৎপিগনু। ঐবু হাৎপিগনু।

১বা মী হাৎকনি হাৎকনি।

২বা মী মকম অসি নঙগীসু নত্তে, ঐগীসু নত্তে। নঙনা তৌরিবসি করিসু নত্তববু করিগুম্বা অমা ওইনবা হোৎনবনি। অরেম্বা থবকনি। অর্থ· লৈতবা থবকনি।

১বা মী: নঙ থাঙ অসি পায়গে হায়রবসু পায়য়ু। নঙদি অশোনবা মীনি, নঙগুম্বা অমা হাৎপদা ঐ থাঙ দরকার ওইদে। থাঙ অসি পায়দুনা নশা কন্নবা হোৎনবা য়াগনি।

[ ২বা মীদা থাঙ পী, ২বা মীনা লৌ হায়বা য়াদে। ]

২বা মী : ঐ থাঙ পায়রোই,, ঐবু হাৎকমু।

১বা মী : থাঙ অসি পায়য়ু; নঙবু হাৎকনি।

[ ১বা মীনা ২বা মীবু ভাম্নৈ, ২বা মীনা তুংহন্না হন্না চৎলি। ]

২বা মী : ঐনা লৈত্রগা নঙ ঐবু নীংশিংলকলোইদ্রা ?

১বা মী : নীংশিংলরোই।

২বা মী : নঙ ঐবু নুংশিরকলোইদ্রা ?

১বা মী : নুংশিরোই।

২বা মী : ( য়াম্না ইংনা তপ্না )

লম্বী লৈত্রে

থোঙ তৎপ্রে

শম্নদ্রে, লম্বেল

কাওনদ্রে অমগা অমগা।

করে ঐ চৎলগে মকম অসি থাদোক্লুনা ঐ চৎলগে।

কায়নরসি বিদায়। ( তুমিন লৈ )

ঐ চৎলরোই। শিরবস্থ মকম অসিদা শিবা ভাই।

[ চঙশিল্লি। ১বা মীদগী থাঙ লৌই। ]

ইশাগী ইজ্জৎকীদমক, ইশাগী মীওইবা মতৌচু কায়দনবা

ইশাগী ইকমগীদমক, ইশা হিংনবগীদমক।

[ অপষ্টেজ ময়ায়গী লৈতোং অচৌবদা চঙ-শিন্দুনা মথক্তা কাথৎখি ]

হৌজিক য়াহৈ লৈতে

ভাঙনবা য়াহৈ লৈতে

য়ারী শানবা য়ারী লৈতে

অয়াম্বসে অয়ুম লাপ্পা হেনগৎলে

য়ানবসে হেয়া হেয়া কনশিনপ্পে।

[ মমাই থাঙ্গৎতুনা থাঙ অদু
মখুৎ অনীনা চেৎনা পায়দুনা
মতোন্না মবুকলোমদা ওনশিন্দুনা
থাঙ্গৎতুনা থিনগদবগী শেমশারগা)

বিদায় বিদায়
কায়নরসি কায়নরসি।
ইশাগী ইজ্জৎ ইশাগী মমল ইশাগী মীওইবা মতৌ ইশাগী
ইকম অদু ভাক্লবা ইশা হিংনবগীদমক।

( থাঙনা মবুক্তা থিনজিল্লি )

১বা মী : ( ভাবোকলোমদা চৎথোকরল্লগা )
ঐ পুন্নমক খঙডি
অচুম অরানগী মচরিৎতদি ঐ খঙদে
ঐনা খঙবা হায়ববু
ঐনা খঙলিবসি খঙবা নৎলমদ্রে হায়বসিনি
নোংমা
ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা
হৌজিক্তা চুম্মম্বা অচুম্বদু
হেক থংনবা মিৎকুপ্তা পুমলান লানখি
মদুদগী পুন্নমক কিস্থখি মচেৎ মচেৎ
ঐনা লাউই
মসি য়ারোই য়ারোই য়ারোই য়ারোই
অদুবু মসিস্থ কান্নদবা রাকৎনি
কান্নদবা রাকৎকী মাইয়োক্তা থাঙ্গৎলিবা
মমাঙগী থংনবা মিৎকুপ্তা
লানখিবা অরানবদুনা ওনখি
হেক থংনবা মিৎকুপ্তা অচুম্বা
মঙাল ওইরকই মঙাল মঙাল।
( তুমিন লৈ )

শাঙলবা মঙ—মিকপ থোকপা হৈত্রবা মঙ
মঙলি ঙসি ঐখোয়না মফম অসিদা
মঙ অসি খল্লি ঐখোয়না অশেংবনি।
হৌজিকী বাংমদা চৎপা থোক্লবা
করি ওইরমগনি ঐখোয়গী ওইরিবসি।
খয়াৎ অসি অরৈবমখৈ লাওথোক্লুনা
খনাউ তৎপমখৈ হৌনা
তিংখৎতুনা লাউই ঐনা
মনাকোংসিদদি চেৎখায়হনগে খল্লি
কোন্নুংগী শরিক অচৌবা
যৈ কন্না কন্না
অত্তুবু
অত্তুবু
লাউরিবসি লাউরমদ্রে করিস্থ
শরিক যৈরিবসি য়ৈরমদ্রে করিস্থ।

[ অপষ্টৈজগী ময়ায়গী লৈতোংদা লৈরিবা
২বা মীদা চঙশিন্দুনা খুরুখুদক কুল্লগা ]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো ও— হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[ হৌগৎতুনা মখুৎ থাঙ্গৎলগা ]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[ নাকন অমদা চৎলগা কিগাও শাত্নুনা ]

হে থঁবায় মঁণ্ডামকঁ
মিগা থানা তঁরুকমঁক
কু কু কু কু
হে থবায় মণ্ডামকঁ
মিগা থানা তঁরুকমক
হল্লকখো—ও হল্লকখো
হল্লকখো—ও হল্লকখো।

[ স্কুন হায়জিনখি ]